# মৈতৈলোন অরিবগী

## রামায়ণ

## (আদি অমসুং অযোধ্যা কাণ্ড)



রাজকুমার শ্রীমাহল সিং

বি

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী শেলগী মতেংনা কোঙজবা

# মৈতৈরোন অরিবগী
# রামায়ণ
## (আদি অমসুং অযোধ্যা কাণ্ড)

চিংথংখোম্বা মহারাজ গম্ভীর চৎপা, লৈরোন, মৈতৈরোন অরিবগী শ্রীমদ্ভগবদগীতা, মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ (সুন্দরাকাণ্ড), মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ (লঙ্কাকাণ্ড), মৈতৈরোন অরিবগী রাম নোঙ্গাবা, মৈতৈরোন অরিবগী লক্ষ্মীচরিত অমসুং ধ্রুবচরিত্র— অসিনচিংবা লাইরিকশিং সম্পাদন তৌবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি কম্ না সম্পাদন তৌজবা।

রাজকুমার পব্লিকেসন্স্
থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং,
ইম্ফাল, মণিপুর।

# MEITEIRON ARIBAGI RAMAYAN
## (ADI—AJODHYA KANDA) Edited
by Shri Rajkumar Snahal Singh B. Com.

শ্রীমতী ৰাহেংবম নিংঙোল ইবেমচা দেবীনা
রাজকুমার পল্লিকেসন্স্‌কী ওইনা ফোঙজবা।



১বা ফোঙবা
১৯৮১ ইং

মমল লুপা ৫.০০

নম্ফম : মনোরমা প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফাল, মণিপুর।

# ৱাহৌদোক

চহি থরগী মমাংদা মশা তরেৎ লোংবা রামায়ণগী সুন্দরাকাণ্ড অমসুং লঙ্কাকাণ্ড ঐহাক্না সম্পাদন তৌদুনা ফোঙ্‌জগ্রে। কুমসি অমুক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শেনগী মতেং পাংবিদুনা মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ (আদি অমসুং অযোধ্যা কাণ্ড) ঐহাক্না সম্পাদন তৌদুনা ফোঙ্‌জরি। মসিগী দমক্তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী কর্ত্তৃপক্ষগী মফমদা তৌবিমল থঙ্‌বা উচ্ছরি। লাইরিক মচা অসি মহৌশাগুম চানবিদুনা মিৎয়েং তাবিরবদি হোৎনজমল মহৈ য়াম্লে খঙ্গনি।

—রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

মৈতৈরোন অরিবগী

# রামায়ণ

## ( আদি কাণ্ড )

---

জয় শ্রীশ্রীসীতাপতি সুন্দরম চন্দ্রায় নমঃ নমঃ। জয় শ্রীগরিবনবাজ হরি খোইরম লাইনিংথৌ পবুং ব্রহ্ম শিংদবা, মহা ঈশ্বর মপুরেন শ্রীরামচন্দ্র গোইখোইবা, দয়া নথৌজাল রূপ অদুগনু কোরো লোংমদোনগী মন্দাকিনী লাইরবা ঈরেনপুংওন', খোইখোম সনা নখোংথা থম্বাল নৈথক- থোকপা নদাইবেম ভক্ত পুক্কিং তম্নশিংগী লুবাই কোয়রেনথকতা ছত্র লেংকপিন ওইরিবা সনা নখোংথা অনিমাদা <u>ব্রহ্মা</u>, <u>বিষ্ণু</u>, <u>মহেশ্বর</u> খোইখোং অহুমমানা সুমিৎ শিথবুম মাংদা সমু থাংচপ্‌লনা লেবা খোংথননারিবা মহা ঈশ্বর মপুরেন কমললোচন মিংলেংথ থমবাল নৈকা মানবা অনিমানাসুং চেংলৌ শককোয় তেনথাব-ও! নঙগী কোলোয় মমিংলেন অক্তবা, <u>রাম অক্ষর</u> থরেক অনিমাবু উনবি পুক্কিং লেপনা শানজবগা জন্ম মপোক অনিরক্নী হৌনা পাপ হকচাং থল লক্‌লবা নমু পোংবাচাপিংনা লাননাখিএ হায়দবরা?

কাল যায়া ভৃগু সরায়েন দেব সর্ব অয়ামবা লুবাই কোয়রেনথক্কী পীকলাং সুবেক লোংদম মপুরেনবু ওইরিবা নঙনা তাইবং নমু মীগী লমচৎ ইনুমা দুষ্ট লিংচেন কুম্ভকর্ণশিংবুদি চেংলৌ মিংকুপ ময়মদা মাথহনবা, উনবি-পুক্কিং শেংনা ভক্ত পুকনিং লেপ্পশিংবুদি লোকলৌ শানা কোয়া নাউয়োকপিগে হায়বগীদমকপু অবতার মপোক ১০ রুক হয়া হয়া পোকলবা, সনা নখোংথ থাদা য়োইবু লক্ষ্মী কমলা নামুংবী শমু মথুংতোন চম্পা লৈকাও মানবাদা পুম্পা থম্বাল লাওাওলৈ, শিংলেন লৈয়ীক লৈয়াং থংকোই শেমবু শমু পুত্রা

গুনা য়োইনবা লাইস্নুং নঙনে, নিগুণ ওইবা পঙকপব নঙগী কোলোয় নমিংলেনদি স্বরূপ চেংলো শকপানথোংবু ওইনরিবা স্বতন্ত্র নভোম্বানা পূর্ণ নপূংফাবা লাইরিংথৌ পূর্ণ মূর্ত্তি অহেনবা স্বয়ং ভগবান অরূবা নথনমানা মালেম পৃথিবী লয়মায়োন সনা অযোধ্যা লৈবাক্তা সূর্য্য বংশ শংশংবনা রাজা নিংথৌরেনপু ওইনা পোক্লবা দাশরথী অহেনবা, শ্রীরাম-চন্দ্র থোইথোইবা, সনা নখোঙ খা মুমিং কিরণ মঙাল অরাবা খুয়া থম্বাল্লে অনিমাদা নমঃ নমঃ পুরুষগে। পোইরৈ তাম্থোং মমুং কুইবা পুং অসিদা সেকচুম পন্দাই ওইনা রাংঙম-লৈবাক ঙাক্লকপা বিষ্ণু অবতার শংশং লেপ্না চীংঙ্ তাইবং খায়না পানফবা, লিক্লাই ফাংলো থোম্বা সনা নখোঙ খা থম্বাল লৈওন-থোককুমবা অনিমাবু হৃদি থম্মোই থম্না পরম গুরু থোইথোইববুস্নুং তাঙজা কোকথক থোংবা নমঃ নমঃ পুরুষগে। লাইরেন নোংথৌরেন পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ রাংঙম লৈমাবনা লিকলাই সনা মরাথংবু তুবি কোকল থোম্বানানা রাজসভা লেংনা তিনবদা ব্রাহ্মণশিরে। ইমু থোইমোম লাইরিংথৌ, চীংঙ্ তাইবং খায়না পানফবা, রাংঙম লৈবাক ঙাকপবু পোইরৈ ঐথোয়না উনবি পুক্লিং য়াংবগী বিচার রাথি করবনা! চীংঙ্ মতিক থঙদরবগী স্থান কম্বিরেন মূর্ত্তি শংশংববু থোইমোম লাইফম মাঙহললবগীদমকপু। দেব লঙজরাগী গুরু নমদা হুম্না রারংনরবগীবু রারৌবিদনা চীংঙ্ থৌজাল মাঙওইনবদি উনবি পুক্লিং কাউদনা থোইমোম সনা মখোঙখাদা অপরাধ লঙজববু রারৌদনা চীংঙ্ মামা শেম্বিবা পোইরৈ মথুংনেং রাংঙম মকাইকম অসিবু মাঙলগনে হায়বগীদমক কোরৌ নোংমদোন থোইমোম লাইরৈপাকপু থিংলো অমরক নিংনা তেম্না থোইমোম লাইফাওরকলবদা চীংঙ্ মাগী নাইমুংচঙ্, কেকে তাংজোই অহোঙবচা, মোইরাং ললবাম্ন থোইমোম য়ুমথংনবদা দেব বচন য়ংথং নিঙংববু

কেন্দ্রিল খোঙ্মাবানা রাহমলকএ। লাইরেল ইনোংমাইদা চীংঙু ঐনা খোসীখোংগী লায়না অপামবা মহন্ত লেংনা তিনবরক্কগী প্রদীপ থাউমৈ থানগুম্বা, হিন্দু লমচৎ ইমা পোইরৈ লৈবাক শেম্বিবনু গুরু নমদা হুননা নিন্দা চিন্তা খোক্না ইনথোকলবগী ধর্ম মানা তাকপিবনু মাঙগনে হায়বগী লোয়না ঐগী অপাম্বনু খোঋামবিরকও হায়না রাহমখোনগী চাঙোই মুমথংবনা চীংঙু কোলোয় মতিনমেনবু লাইরেল ঐংঙোন্দা পাউমেনখোনগী ওবি ঐগী স্বামিজি কোরৌ ইনোংথোবু থিংথি বাংমা লাননা ওৱা লোইখৈ মৌথিরবনু লক্ষ্মী নারায়ণ সিংহ মোইরাং মুমথংবনু গুরু সনা মখোংথাদা মানবী খুদপনানা, মুকমু লৈজোন কোননা খোঋামলুরবগী স্বামিজি ক্ষমা তাকপিবনু মহন্ত মরমচৎপু ওইবনিগীনা গুরু থিংলৌ নিঙনা চেনা পোইরৈ ইপুংমাই অসিদা রাইথুংলবগা লাইরেল শমু থাংমগা কাউবি চীগ লুকনা দণ্ডবৎ মালেম লয়দা পকু, লরাই এগী পোয়নে নথকতা স্বামিজি সনা থুমা শোক্না পুরুষজরবগা গুরু কৃপা মখোঙ্গানবু ভক্তি মতিক য়েং, খোজাল মায়ায়োক্না পা যেগ্রকএ। সেবক লাইরেল ইপাগী পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ খুবু কোরৌ রায়েনবা নোংদম মখোনাগী হিন্দু লমচৎ ইমা ক্ষেত্রি শাংগ লেপ্নবা পোইরৈলৈপাক শেমবিবনু ধর্ম মপুং ফাদরগনে। পোইরৈ লৈবাক ডাক্কা চীংঙু তাইবং খায়বা অসিবু ধর্ম রক্ষা তাকপি থোই, কাণ্ডা রায়েনগে হায়বগীদমক বিষ্ণু মপোক শংশগুবা, খোইমোম সনা নখোঙ-থাদা সেবা খোথলমানাস্তং পুক্লিং থোকাউফরোই। চীংঙু রামজী খোইখোইবগী মগুন থানথবা গুণ মতিক অরুবনু নদাইরেম প্রজা অয়াম্বনা পায়মা সেনচঙননা উনবি পুক্লিং লেপফদবশিংবু পায়মা পুক্লিং লেপনবা রামায়ণ অরুবনু নাত্তাহলও হায়এ।

হে তয়মশিং-ও, তৌমিগুমু রামায়ণ অরুবদি পাঙল লোনতৈবানে। পোইরৈ মীরাইমানা থঙ্গম্মলোইএ। রামায়ণ

পণ্ডিত, ধর্ম্ম, অথোইবা আগস্ত, বসিষ্ঠ, ব্যাস লাইবু নিঙুব ময়ুর, ভার্গব মুনি, কাত্যায়ণ লৌশিংবা, সাম্বিক পরাসর লাইবু নিঙবা, সামপ্রনিক মকপ ৮ মা কাশ্যপ মাম্বাচ অথোইবা, চেবন জবালি ভৃগু মুনিরেন অষ্টবর্গ ঋষি লৌশিংবা, বিশ্বামিত্র, জরৎকারু খোইয়ম লাইবু নিঙবা, বাল্মিকী, পরাসর ২ মাসুং মুনি মেধ লৌশিংবা, বিপলি লাইবু নিঙবা, লুমস মুনিরেন, গৌরমুখ বিচক্ত মমসকর্ণ ভমা; শনক সানন্ত চাংঙ, ব্রহ্মা মপারী ২ মা বৃহস্পতি অজিকার গৌতম মহাগুরু অথোইবা নারদ পণ্ডিত অষ্টবামুনি স্বরুপ কৌবস্ত সম্বিক সবাস কালব মার্কণ্ড ৪ মাসুং, কুশধবজ তৃনবিন্দু দুর্ব্বাসা চকমোম থাম্বী মৈথাং খোঙুম্বা কৌশল্যা ভার্গব আত্রি ভমা, ভরদ্বাজ মুনিরেন বক্রদন্ত বৃহধজ থোইকোইবা, স্বরুপ কণ্ব লৌশিংবা জামদগ্ন, ভৃগু মুনিরেন, পরাসর পৌলস্ত মপা মচাসুং কোরৌ উজনপদ সিলাবস্ত অথোইবসুং লাকএ। ব্যাস বস্ত পরাসরস্ত কাশ্যব বিশ্বামিত্র জামদগ্নি হমকু গৌরমুখ অগস্ত ভার্গব আত্রি কত্যায়ণ সালবনিক অষ্টমৌনি সনক সামস্ত দুর্ব্বাসা মার্কণ্ড লুমস বিপল্লিবী বস্ত মাসাকর্ণ পোলস্ত কালবসৈল্য মুনি অষ্টবর্গ নারদ পণ্ডিত জমমুনি জরৎকারু মুনিজন ঋষি লেংনা তিনবা খোইয়ম লাইবু নিঙবা অসিবু মমু পোংবাচা অয়াম্বনা খঙনববু কে ইদাইরেম নোইনাই নাহারুপ শঙদা তরেং শেলুংনবা ক্ষেমা সিংহ কেগে মোইরাম-বাচা নঙগা লাইরেল ঐগী লাংগোই মোইসংবা শঙলিংবা শঙদগী রাক মকমশান নঙনা পাম্বসুং তুবি ঐগী নাথাঙ তুংশোনগী থা হয়রানলোই মঙাবা পাঙল লাইরিক তম্ববু নহা নঙনা পাম্বশিংবু উনাব পুকনিং মান্নবা নহা পুকনিং থাংহন্না নঙনা কাউশি ওয়গাচিংনা রামায়ণ বিদ্যা লাইরিক অরুবা সমক্র ইরেনপুংগুম্ববু পোইরৈ মৈতৈরোল ভাষা অর্থ ওম্না শৈশেমলাউও হায়ন রাহমখোনগী মপাইরেম ক্ষেমা সিংহ তরেং শেলুঙ্গনবনা কোবি চৌগলুক ভাক্ত নম্র তৌনা পাঙথুমজখিএ

ওইনা ক্ষেত্রি শাগৈ লেপহনবিবা চীংঙু-তাইবর্ঙ খায়বম্বং সমু থাং-চপনানা পুরুমগে। তরম ইথোয়গী তাঙজা কোকথককী লিকলাং সুমেরু জয় মহারাজ গরিবনিরাজ সূর্য্য বংশ মচেংশাচাংমাদা নাউয়েনবা লয়নূং চাখা খোংচোংঙ্গুপীনা ফৈরা তান্দা গোংনো য়োয়না নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগী খাবা লংশুং ভংহনা বিষ্ণু অবতার শংশংবা শ্রীপীত স্বর ভুবি চরাইরোংবা মপারী য়োইবু তমপা নোংথিল চাইবী সনা লিনকোইগী লাইরেল মৈতেংঙু নোংশা মচুম তাবগুম্বা, লানকম য়াইফ থোইবগী তমপা মশানৌ লক্ষ্মী অবতার মশামওনগা চন্দ্রবংশ মচেংপাচাংমাদা নাউয়েনবী য়োইবু তাউরোইনাই পাইখুলানথবী শ্রীকমলা মহারাণী সনা পুমদা কোনগুম পাদ কম্বাল কম্বীগা গরিবনিরাজ ভুবি নিন্দুম নিন্‌ শ্রীকমলাবতি তমপা ভান্দুমভাননা ফমফম্বদা নমঃ নমঃ পুরুমগে। রাজ সভা লেংনা তিনবা তার থরানপি-চাককুম মগুলি কোয়না কমকম্বা মহাজন শাস্ত্র পুকনিং তপ্পশিং-ও! নঙথোয়গী খুয়া লৈখাঙলমদা পক্কা পুরুমজরকে। ক্ষেমা ঐবু নমু মীমাতোন অতোনবনে। পায়মা লিন্দাংশা, উনবি মথলতৈ, ধর্ম্ম পন্থ মতিক খণ্ডনা শাস্ত্র লাইরিক হেএ হায়না রামায়ণ অরুববু শৈহৌদে। লাইরেল মৈতেংঙু পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ ধর্ম্ম শাস্ত্র মপুংফাবগী ভুবি লিক্লা মপাউতাক বচন্ কোলোর অমেঙবনা পোইরৈ মৈতৈরোন্দা মদাইরেম পোইরৈ তানা তাববু উনবি পুক্লিং লেপনা তাস্নো হায়বগী সনা নোংদম মতুংইন্না আরম্ভ শংলৌ থোরাংবা অসিবু জয় য়াইকা থোইনবা তাঙজা নঙথোয়গী মরৈতোম্বা জয়রাম রাম শোনবিয়ো ধর্ম্ম মতিক খণ্ডনা অপরাধ লঙজবদি মহাভক্ত অথোইবনা ক্ষমা ভাকপিগৈনে। দয়া থৌজালরাগী পুরাণ রামায়ণ অরুবা সমুদ্র ঈরেনপুংগুম অথেল অরু খণ্ডবা অসিবু মুখ চিনবান থোংনা রাম রাম শোননা তেংথায়ককে।

শ্রীরামচন্দ্রায় নমঃ নমঃ। হরে হয়া হে। য়োইবু খোইমোম লাইরেমমা বিদ্যা সরস্বতী অচুমবী অলঙ্কার চৈরৈ ফিরোই অঙোববু য়োইবু চৈরৈ ফিশেংনবা স্বর্ণ লুহুপনা মণি মকর চীংলাই শাবনা কুণ্ডল নাসিনানা চেংলো শককোয় হেনবী নঙগী সনা নখোঙখা নব অনৌবদগী খুরুমগে। সত্ত্ব, রজ, তম গুণ ও মাবু চঙলিবা ব্রহ্ম হরি হরা খোইমোম ও মাগী চরন সনা থুয়ারেঙ্গসুং দণ্ডবৎ মালেম লয়দা পক্লা পুরুমগে। বিঘ্ন নৈখাইববু রক্ষা ঙাকশিনবা গণপতি লাইয়িংখৌবুসুং পুরুমগে। ভক্তি পুকনিং চঙনা বাল্মিকী মুনিরেনবু পুরুমজরককে।

বচন মপারী বাল্মিক মুনি থোইখোইবদি পায়মা উনকোয়-সুং মথননানা শ্রীরামচন্দ্র অহেনবনা অবতার মপোক পোক্লগদবা চাহি ১০০০ রাংলঙৈনা রাম মতৌ অয়াম্বা কারণ মবম ওইরগদবু বাল্মিকী মুনি থোইখোইবনা পুকনিং মাঙওই-নানা মহাবিষ্ণু নামুংবনা সূর্য্য বংশ শাগৈ লেপ্লদা শ্রীরামচন্দ্র ওইনা পোক্লগদবু হায়া খঙলবগীদমক রামায়ণ অকুববু পুরাণ মশা তরেং গুনা বিদ্যাগ্রন্থ মথং শিংনা লোইখোক্লমলে হায়দবরা ?

(১) প্রথম অহানবদা শ্রীরাম মপোক অহানবদি আদি কাণ্ড-ও কৌএ।

(২) অযোধ্যা কাণ্ড-ও কৌবদি দশরথ নিংথৌরেন্না হনু ময়াই কারবগী মপারী সনা রাপীহল শ্রীরামচন্দ্র অহেনবনা অযোধ্যা সনা কম্বাল পীগে হায়না শংলো থৌরাংনরে হায়বগীবু অযোধ্যা কাণ্ড-ও কৌএ।

(৩) রাম সীতা লক্ষ্মণ ও মাবু ঙাইরোইননা চীংলেন য়োঙমকা শামেল উয়া হেপ খোয়মা নারক চংনা তপস্যা খোইমোম লাইবু নীংবগী চৈরৈ ফিশেং তম্না লম্বোইএ হায়বগীদমকপু অরণ্য কাণ্ড-ও কৌএ।

(৪) ইন্দ্র সরারেন মশানওন বালি নিংথৌরেনলবু রাম রাবরা মচেৎচা তেনবী পাসাবন ডেবী থম্মোই পাংনা মৈ মরবগী মশাগী সুগ্রীবা মথ্যৌ মরোংনি লৌবু ওইহনরে লৈবাকগী কিষ্কিন্ধ্যা-কাণ্ড কৌই।

(৫) সুন্দরা কাণ্ড-ও কৌবদি লোংনিংথৌ মপারী রাম ভক্ত থোইখোইবা হনুমন্ত পাঙ্গনবনা সমুদ্র খুথক ১০০ পাকপন কাম্না লংবা, লঙ্কা মপুংয়াইদা সীতা থোংজল লীরুইরে হায়বগী সুন্দরা কাণ্ড ও কৌএ।

(৬) লঙ্কা কাণ্ড-ও কৌবদি শ্রীরামচন্দ্রগী মশানৌগী গাপ্তিব লীংরুং মথুংদ্য কোরৌ চুমিথাং খাগুসদ পড়ুব লেকাংথোকী পোনবী তুনা শাব ব্রহ্মস্ত্র তেনবী অথোবনা সন্ধ নপান্দর মেংনা রাবণ দশয়াননবু নোংমলহন্নবগা মশানৌ বিভিষণ লৌশিংববু লঙ্কা ফম্বাল লেপহন্নবগা সীতা লাইবমাবু অশোক বন ইংথোলনেন্দা শিংলেন্দুণসবু মচ থাউনবীবু পান্ডী মৈদা ইকু সাক্ষি রাচুমনরবগা সনা অযোধ্যা মপুংয়াইদা হলরাইহনরে হায়বগীবু লঙ্কা কাণ্ড-ও কৌএ। অমিনসুং মদোম দ।

(৭) রামচন্দ্র অহৈনবনা বিক্রম পায়াও মথৌমনং অযোধ্যা মপুংযাইগী রাজসভা লেংনা তিনবদা রাম মতৌ অয়াম্বু থাক্তনা রাহম নখিএ হায়বগীবু উত্তরা কাণ্ড ও তৌনা কৌএ।

রামায়ণ মশা খ মাবু নমু পোংবচাশিংনা ভক্ত ভাংচা লুগ-লক্কা নাতারবদি পাপ অরুম্ববু কোকনৈএ। নমু পোংওই-বনা মপারী শাংতরবব্স শাংনৈএ। রামায়ণ মশা অমদা স্কন্ধ রারম ভাংবগা অশ্বমেধ যজ্ঞ মচুম তৌনা লাঙ্গোই শগোল থাবগা ২ মাবু পূণ্য মরম মাননৈএ। বাল্মিকী মুনি পায়মা উমকোয়রনিঙ মথন মানা রাম মতিক অরুববু শ্লোক পন্থ ওইনা লেখলবদি নমু মীওইবশিংনা খগুগুম লোইএ হায়বগীদমকপু কৃত্তিবাস অহৈবনা থোইমোম লাইরোল অরুববু নমু মীরোল

ওইরবগা ভাইবং নমু পোংবচা অয়াম্বনা পাম্না নাতাইগনে হায়বগী রামায়ণ মশা ৭ মাবু শুনা শেম্মুন্নববু পোইরৈ সনা পুংমায়োল পুংলেন য়াইফবা অসিবু রাংগম লয়খোঙ কায়না মুংশি লাননং তোয়মামলবুগীদমক লঙ্কা বারী শৈ মশা ৭ মাবু থবা ঙংলি ভৎ লিকলাং চোইনা কেললবগুম পুরাণ মশা মাঙলে হায়দবরা ?

লাইরেল মৈতেংঙু জয় সিংহ মহারাজ, নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা গৌড়িয়া ধর্ম্ম অখোইবগী সার মচি অরুবা তত্ত্ব মহয় অরেপ্পগী সিদ্ধ মহয়না "গ" ময়েক য়াইমবনা শানফোংলকপা শ্রীশ্রীপ্রাণ গোবিন্দ থেইখোইমগী ঈশ্বর সনা মখোঙখা, থম্বাল সনা লাঙাংলৈ নিঙথিবা. মকরঙ বিন্দু মহয় চম্না য়ানববু তানকংজগে হায়বগী ঋষি থম্মোইমুংদা লাইরেল উনবি পরম চেং, মমুং শামন লৌকিনানা মুমিং শিঙবুম মাঙহন্দনা ভজন লাইনিং চৈরেপ্তুবা নোংথৌরেল জয় য়াইফথোইবা লিকলাই য়াওরৌ শানিংথৌগুম্বা লাইরেল নোংশা খাংনোবদি প্রদীপি চক্ষু চৈখৈ খঙনা শিলোট মপুংয়াই শ্রীপাট ক্ষেত্র ফম্বিরেন যুগল ব্রহ্ম চঙখোনবা সনা বৃন্দাবন ফম্বিরেনবু ইনদানখিরবদা ঠাকুরাণী গঙ্গা ল ইরৈমাগী য়োইবু সনা মখোঙখাবু য়োৗরবগা লাইজা য়িদা কুমনা ইরু শানদেংখোই, গঙ্গা খুৎচোকুমাবু থন্না ভপ ৭ সন্ধান মঙমথৌবু ইরাং মশীং রাংহনদা, লাইনিং মতোল লোম. পুক্লিং মরাচা মুংঙাই মনিংতম কোরৌ ভক্ত ওইনা নোঙ্গাখিরবদা লাইরেল মপারী মৈতেংঙু লোইরেনখোম্বানা পোইরৈ সনা লৈবাক ঙাকচবা ময় লাইরেল নাউংবা. লমথক শারোনপুং তিঙয়ি বাফোংলাক লাবা নোংলৈক্ষম কংলা থোন ৭ থোনলাং মৈ পোইরৈ ময়াই কোইরেন শুমদিন কোয়রেনপুং চোয়নৌ সনা সিংহাসন নিঙথিবদা উমৎ তোনদিনংথৌগুম তুবি চপপু থোই, লিক্লাই লাইবু লাং, য়োইবু মশানৌ নোংবাললোন লৈমা নোংপোক লৈরিখোম্বী চেংলৌ শরুকোয় হেনবীবু মুন্দ ওইরম থানা পানফরবগী লাইরেল মতৈ মনাউদি চীংঙ

নিংথৌ সরারেননা মালেম লয়দা লয়তারকপাগুম কোন্নুং মনিননাই, তুবি নিন্দুম নিন, তম্পা রাণী ঙান্দুম ঙান্না কমকন্নদা হন্না হন্না পুরুমজরকে। রাজসভা লেংনা তিনবা তারা থরানপিচাককুম মগুলি কোয়না ফম্ফন্বা থোইমোম লাইবু নিঙবশিংও! নখোয় অয়সনা লঙজ রাবৌবিগুনো। মৈতৈংগী মদাইরেম লোইয়ম রাংগুম নারা শ্রীদাম কৈশামচা পামেল উথুলম্নুংগী পোনবা চোংঙা লোন্নমচেক মগুংমানবা পুক্লিং জ্ঞান লৌশিং লৈতবা উজা লাইওইনবা পুরাণ মাঙদা থানা চৌংঙু লাইরিক থিনা থোইমোম লাইওং খঙবশিংগী গুরুজন কৈনা মতুং ইন্না শৈদমদবা জ্ঞান লৌশিং লৈতবা ঐনা রামায়ণ রারী সুংঙাইবা লোইদাম ইঙা ইঙেল থাগী নোংলেন মখোঙ ফুয়না চুগুম পুণা মরম অয়াম্বু ধারা ঈচেননানা শিন্থরিবা অসিবু রারী মশাতংলে হায়বগী পুক্লিং লনপাম থোই ময়িম পাঙল লোনদৈবা পুরাণ পুকনুং অচোৌবদগী আদি, অযোধ্যা মশা২মাবু পোইরৈ মৈতৈ লোনদা ভাষা অর্থ ওন্না শৈশেমজবা অসিবু লঙজ রাবৌবিগুনে। রাংগুম নারা অপিশা ঐবু নমু মীমাতোন অতোনবনে, পায়মা লিনদাংশাং উনবি মচাক হোমএ, শাস্ত্র লাইরিক হৈএ হায়বগীবু রামায়ণ অরুববু ক্রম মচিন য়েক্না শৈশেমদে। লাইরেল ইবুংঙো মৈদিংগু লোইরেনখোম্বাগী তুবি সনা মখোঙখা পাদ পদ্ম ২ মাবু রাগুম লুরাই কোয়রেনথকতা থোংনা আরম্ভ শংলৌ থৌরাংজবু জয় র ইফ থোক্লবা সভা লেংনা তিনবা নঙখোয় পুন্নমানাস্নুং রাম নাম নাতাবিয়ু। ধর্ম্ম মতিক খঙদনা অপরাধ লঙজব'দ মহাভক্ত অথোইবা নঙখোয়না ক্ষেমা ঙাকপিগৈনে। দয়া নঙখোয়গী নখোজাম্না রামায়ণ অচোৌবা সমুদ্র ঈরেনপুংগুমবা, অথেন অসূপ খঙদবা, চাংজৌ ঙমথৈ নাইদবা অসিবু রাংগুম মুখ চিনবানথোংদা ঙাঙজা লৈত্তোন থংনা হেপলি চিনদাই খিঙমদ'বসুং রামায়ণ মশা পুম্নমাবু তুম্নুং লংলা শমগুম লাইরিক মপুম অমা ওইনা করম চিনয়েকচবজে।

কৌজিক রাহৈ প্রথম অহানবদা চীংঙ্, রঘুরাম শিদবগী খোইমোম মপুরোলবু পুরোল মথং শিননা পারোল মতুং শমনা রাহমলককে। তাইবং নমু পোংওইবশি--ও! শান্ত পুকনিং তপ্না নাতাবিও। খোইমোম ব্রহ্মা শিদবনা মপারী মারিচি অহেনববু শাংএ। মারিচি অহেনবনা কাশ্যব মুনিরেনবু পোকএ। কাশ্যব মুনিরেম্না সূর্য্য মুমিৎ অঙানববু শাংএ। য়োইময়াই তাউদনবনা মপারী অঙ্গিরস মুনি পোকএ। অঙ্গিরস মুনিরেম্না যদুরাজা নিংথৌ পোকএ। যদুরাজা নিংথৌরেম্না কেতুনিংথৌ পোকএ। কেতু নিংথৌনা ইক্ষাকু শাংএ। রাজা ইক্ষাকু নিংথৌরেম্না মৃগবর নিংথৌ পোকএ। মৃগবর নোংশা থাংনোবনা হেমচন্দ্র নিংথৌ থাজা শকোয় হেনববু শাংএ। হেমচন্দ্র নিংথৌরেম্না সুচন্দ্র নিংথৌরেল চৎনববু নাউনোএ। সুচন্দ্র নিংথৌরেম্না ওরিলা তেজ মঙান নাইববু শাংলে। রাজা ওরি নিঙথিবনা পৃথ নিংথৌ ভক্ত অথোইববু শাংলে। পৃথ নিংথৌরেলনা হরিদা নিংথৌ কোলোই মিংলেন চৎনববু নাউনোএ। রাজা হরিদা নিংথৌরেম্না সংকির্ত্তন নিংথৌ শাংএ। সংকির্ত্তন নিংথৌরেম্না অজাগর নিংথৌ শাংলে। অজাগর নিংথৌরেম্না হরিনৈস্য নিংথৌ শাংলে। হরিনৈস্য নিংথৌরেম্না আসিত্রদাসি নিংথৌ পোকএ। আসিত্রদাসি নিংথৌরেম্না বিলাইথ্য নিংথৌ পোকএ। বিলাথ্য নিংথৌনা কৃষ্ণগ্র নিংথৌ শাংএ। কৃষ্ণগ্র নিংথৌনা প্রশান্ত নিংথৌ পোকএ। প্রশান্ত নিংথৌরেম্না বেদব্রক নিংথৌরেন পোকএ। বেদব্রক নিংথৌরেম্না বাহু রাজা নিংথৌ পোকএ। বাহু রাজ্যা নিংথৌরেম্না রাজা সগর নিংথৌ অহেনবা পোকএ। রাজা সগরগী মপারীদি অসুমান্থ নিংথৌ পোকএ। অসুমান্থ নিংথৌনা অংশুমান নিংথৌ পোকএ। অংশুমান নিংথৌরেম্না দিলিপ নিংথৌ শাংএ। দিলিপ নিংথৌরেম্না ভগিরথ নিংথৌ শাংএ। ভগিরথ নিংথৌরেম্না কোরৌ নোংমাদোন গঙ্গা ঈনিংথৌবু শাংএ। গঙ্গা

লাইজা ইনিংথৌনা সোদাস নিংথৌ পোকএ। সৌদাস নিংথৌ-রেন্না জবন নিংথৌ পোকএ। জবন নিংথোরেন্না বানা নিংথৌরেন পোকএ। রাজা বানা নিংথৌরেন্না ইন্দ্র সরারেনবু খুনগুসা ম ন্ধাতা নিংথৌ কোববু পোকএ। মান্ধাতা নিংথোরেননা মুচুকুন্দ অথোইবা নিংথৌবু শাংএ। মুচুকুন্দ নিংথৌনা দীগবাহু অথোইবা। দীর্ঘবাহু অথোইবনা সিন্ধুমান নিংথৌ কোববু পোকএ। সিন্ধুমান নিংথৌরেন্না অনারণ্য নিংথৌ পোকএ। অনারণ্য নিংথৌনা বিদুরদাস নিংথৌ পোকএ। বিদুরদাস নিংথৌ-রেন্না বিকির্ত্তি মিংচৎপবু শাংএ। বিকির্ত্তি মিংচৎপানা সত্যব্রত নিংথৌ পোকএ। সত্যব্রত নিংথৌনা উনামিং নিংথৌ শাংএ। উনামিং নিংথৌনা কুশলতা নিংথৌরেনবু পোকএ। রাজা কুশলতা অহেনবনা কাথি নিংথৌবু পোকএ। রাজা কাথি নিংথৌরেন্না বিশ্বামিত্র কোবা নিংথৌ অথোইববু শাংএ। বিশ্বামিত্র মুনিরেন্না কৃপ নিংথৌ কোববু নাউনৌএ। কৃপ নিংথৌরেন্না ভারতভূসর নিংথৌ কোববু পোকএ। ভারতভূসর নিংথৌনা নাহুস নিংথৌ শাংএ। নাহুস নিংথৌরেন্ন মাণ্ডিকপ্রথ নিংথৌ পোকএ। মাণ্ডিকপ্রথ নিংথৌনা অম্বুরিষ নিংথৌবু নাউনৌএ। অম্বুরিষ নিংথৌরেন্না ত্রিসঙ্ক নিংথৌ পোকএ। ত্রিসঙ্ক নিংথৌরেন্না হরিশ্চন্দ্র নিংথৌরেন পোকএ। হরিশ্চন্দ্র নিংথৌ কোলোয় মিংচৎপনা রুহিদাস নিংথৌ পোকএ। রুহিদাস নিংথৌ অথোইবনা সূর্য্যসিন্ধ নিংথৌ পোকএ। সূর্য্যসিন্ধ নিংথৌরেন্না সূর্য্যবাহু নিংথৌবু পোকএ। সূর্য্যবাহু নিংথৌনা দিলিপ নিংথৌ পোকএ। দিলিপ নিংথৌনা রঘু নিংথৌ কোববু পোকএ। রঘু নিংথৌরেন্না ওজ নিংথৌরেনবু পোকএ। ওজ নিংথৌরেন্না দশরথ নিংথৌ পাঙ্গল মপা তাম্বু পোকএ। রাজা দশরথ নিংথৌনা চৌংডু শ্রীরামচন্দ্র থোইথোইবা দূর্ব্বা সুমায় হাত্তিং-থৌগুম শ্যাম শংনা হেনবা রাজা নিংথৌ পুন্নমাকী লিকলাং

সুমেক রাজা ঈশ্বর অযোধ্যা লাই পাখংবু পোকএ। সনা অযোধ্যা লাই পাখং শ্রীরামচন্দ্র অহেনবগী মপোক অরুবা অসিবু প্রসঙ্গ রারী তাজবরগা আনন্দ নুংঙাইনববু থোকৈরুএ। হে তাইবং নরপোংবচা শিংও। কবাউ মখৈ লৈতনা চিন্ন পূকনিং লেপ। কর্ণ নাকোংথন্, রস মতিক খঙ্ সমু নথূৎ লোন্না নচিন রামরাম শোন্না নাতাবিয়ো। রাম ম'তক নিঙথিবা রাঘব মতৌ অথোইববু শ্রীরাম মও' চ্নববু যাথং অহানবদা পান্দম মপা খন্না রাহমলককে। ৎাম বংশাবলি নিংথৌরোল অচেৎপদি কাচেং থাঙখৈ নাইনা হাযখিরবনে।

তাইবং নোংশাপান অসিদ বিক্রম শাঙ্গল থোইরকপা বিশ্বশ্রবা মপারী রাবন নিংথৌ মকোক তব' পানবা পানবোম ২০ শুবা মমিৎ ২০ লোঙ্বা হকচাং খাম্বী মেৎন অরাবঙুম্বা কুম্ভকর্ণ হকচাউবা, ধনেশ্বর কুবের লনমাবা বিভিষণ মরিমাকা মচল সুপর্ণখা হিংচাবী ত্জটা অহেনবীগা মথোয ৬ মাবু পোকমনৈএ। রাবন কুম্ভকর্ণ সুপর্ণখা ৩ মাদি মতৌ মখোয়গী মথননান' হিংচাবা শারৈগন্দো পোকএ। কুবের বিভিষণ ত্জটা ৩ মাদি বিষ্ণু অংশ মশুং মানগীনিনা কল্লা মখায়মগ্গীনে।

অসাইবৈগী রাজা দশানন মপল বিশ্বশ্রবানা শাংবৈগী হৌনা। থোইমোম ব্রহ্মা শিদবগী সনা মখোঙ্খাদা পূজা ইরাৎমনবু ব্রহ্মা মন্নকু অচোবাবু কংজরবগীদমক মালেম চিথেক ১০ মাদা পাঙ্গল মপা তামএ হায়দবরা। মশাবী কুবের ধনপতি লনমাবনা সমুদ্র ইয়াই লাংনা ইন্দ্র সরারেনগী অমরাপূর মরম-শাকপূ ব্রহ্মা পান্দম মান্না চোয়নৌ সনা অংাঙবনা মালেম লৈবাক শেম কাঞ্চণ সনা অহিংবনা স্থান মফম থুঁদদ সনা শঙ্দং শানা পাল্লবগী সনা লঙ্কাপুর লৈময়োনও তৌন কে'এ হাযদবরা? লঙ্কা লয়মায়োন্দা ধর্ম্ম অংশ কুবের লৌশিংবনা আনন্দ নুংঙাই থোইনা পানববু রাবন মশানৌনা চে'লৌ মিৎথিলবগী হিংচাবা লমচৎ অতাক্লনা ব্রহ্মা থৌজালরাগী পাঙ্গল খুংঙম থিনা কুবের

লৈবাক মুনমা কক্রুমাগী শাগৈরেন পন্থো পামাচা কুবের লোশিংববু কৈলাস সনা চীংসামাদা তাম্পোকলে হায়দবরা? রাবন নিংথৌরেনদি রাজ্য মরৈবাক লঙ্কা মপুংয়ায়দা সনা মপানশা, মানিক্য মহয় য়াম্না লঙ্কা পললু য়ুংববু মরেপ য়ুথক ৮০ শু পনলোন ৭ কোয়বদা রাঙনবা শিরোপ তাঙজা লুরেনবোন ১০ মানা সূর্য্য মুমিং ১০ থোককুম আনন্দ মুংঙাই থোইনা পাল্লবদ মকু মাম্না দানব হিংচাবগী মমোম মন্দোদরী অহেনবী মশক চন্দ্রমুখ মাম্না থম্বাল হকচাং ওইবী থাং থাংচেংতাবু খোইম্না অশিখোই থাংদানানা নৌখোইবীবু লংকা সিংহাসন্দা ফম্মন্নরবগা রাবন নিংথৌরেল ধর্ম্ম বিচার রাথিবদদি কোরো নোংজা খুদিং দেব সর্ব্ব লাই অয়াম্ববু রাশন মথননানা বৈরী য়েক্লববু ওইরবগী মালেম চিথেক ১০ মাদা রাক্ষস হিংচাবী দেব লাই খৈবিকপু পাঙ্গল মথৌমনগীনা রাবন মখোঙ থাদা সেবা থৌথন্নরে হায়দবরা? রাবন মতৌ ওম্পোকপদি দেব নারী অপানবী রাক্ষস হিংচাবী, রাজ কন্যা অহেনবী ১১ শিংগী থংলেন নাক্তা থ'ববু হেরা থৌওইদা চুরা হুরানতম পাঙ্গল খুংঙম থি নুপী থম্বাল মানবীশিংবু লিশিং তরা শুনা রাবণ মতৌ ওইএ হায়দবরা?

রাবন নিংথৌরেন্দি পাঙ্গল ইথক থকুমবনিগীনা পূকনিং মরা তম্না ইন্দ্র সরারেনগী আনন্দ মুংঙাইনবা পুষ্প লৈয়াম পোকপবু রাবণ নিংথৌরেম্না ডুলাই রথ তোংনা মাঙহল্লুইএ। কুবের লননিংথৌ। ধর্ম্ম অংশ শংশংবদি কৈলাস সনা চীংশা মাদা থবানা ফম্বি ওইনা লৈজরববু কুবের লোশিংবগী তাঙজা খোঙখুল লীনা হুয়েল লানশোক্লরুববু চাহৈ শিঙবুম ৩ শুনা শোক্লরবগী রাবন পাঙ্গল থোইনা ঙমজরবগীদমক কুবের লনগৈ শঙনরে হায়দবরা?

চীংঙু ইন্দ্র সরারেম্নচিংনা দেব মাইকৈঙাকপা ১০ মা ধর্ম্ম যমরাজা রায়েনবা, বরুন, নোংলাই, অগ্নি দেবতা মায়কৈ

ঙাকপা পুম্নমাবু খাক্তনা শমু তুংদা লয়, পরয় লানকা শানা লঙ্কা মপুংয়াইদা পুম্নক্লবগা ইন্দ্র সরারেনবু ছত্র সেকপিন খান্নমে। ধনেশ্বর লনমাববুদি ভাণ্ডারী লনগৈ শঙনরে। ধর্ম্ম যমরাজা রায়েনববুদি হুপলা তোনগা চিংনা লাঙ্গোই শজিক ফাননরে। অগ্নি মৈরেমাবু রাবন মাঙদা মৈহৌনরে। মোইবু লক্ষ্মী ফোয়াইলৈমবু চফ্ তিলাং শো, ইরান খোয়দৌ রোংনা মথেল লুকোয় শেমহললে। বরুন লাইজা ইখৈরেন নোংলাই অহেনববু পুলাং পাপোৎ শেমনা লাইজা ইশোকহলএ। সূযা থবী শেনকোয়রেলগী সুমিৎ মণ্ডাল অরাববু লঙ্কা সনা মপুংয়াইদা সুমিৎ মণ্ডাল য়াম্না শাহনদে। রাবন সনা মশঙগাই নিঙথিববু মতৌ করম ওইবনো হায়রবদি তাইবং নোংশাপান্দা পান্দম মপানববু পুম্না লৈতে। চোয়নৌ সনা মপাক্লা য়ূমক্পনৈএ। কোরি পরয়নানা লিকলাই ভরংবনা য়ুম্বী ভরেং ওই। নোংপোক মিয়েংশেননা। নাকথিং য়ুমকোয়নাবা লাংগোই মোইশায়াগী শায়া অপানবনা রাচেৎ কায়দোয় চলএ। সনা কৌকোৎ শেম্বদা তমফা মুক্তা হেরা মনি মানিক্য ভমফা মরেং থিনবনা কোরৌ নোংমদোনগী তারা থরানপিচাককুম ভকুপ মাইরেংহৌবগী গৃহ সনা শঙতেংমুং অদুদা লোইদাম থানিংথৌ চন্দ্র থাজা শককোয় হেনবনা প্রদীপ থাউমৈ ওইনা ঙান্নরে। অসুম কোরৌ নোংদা-মদনা খোইমোম ব্রহ্মা শিদববু পুরান মাঙদা থানা বেদ লাইরিক থীনৈএ। পবন মুংশিৎ নিংথৌরেনবু রাইশেং শুমশিৎনৈএ। নারদ মুনিরেনবু বীনা যন্ত্র মুংওন খোংহললে। শুক্র ইরাইনা রাবন মাঙদা লেপ শমু মখূৎ লোননা শিঙলেন লৈশি লৈথোন্-হল্এ হায়দবরা ?

সনা লঙ্কা লয়মাবা রাবন নিংথৌরেন্দি নিংথৌ ক্রোধ কঙাউরাগী মুনি ঋষি পুম্নমাদি সন্ধ্যা তর্পন থৌ অয়ায়শিংবু যজ্ঞ মণ্ডম ভৌফদা, খোইমোম লাইশী থৌদা বিঘ্নি য়ৈথাই রামচিল্লক্লবগী দেব সর্ব্ব পুম্নমাবু রাবণ খূঙা থুম্লবনিগীনা

লৌশিং পূকথোংমাগ আঙ্গল নিপা থোকগমদা নুংশি লৈখে তানা তুখ: অরাবাবু হন্না হন্না লাননংলে হায়দবরা। রাবণ থম্নাগ মতানপোম শয়ী মৈতাল লাগুম্বদি মালেম লৈবাক লৈমনসুং খাগগমলোই। ক্রোধ কঞ্জাউববু লাইজা ইথক থককুম্বগী হিংচাবা মরমচৎ মতৌ নিগথিবা লৈতবা লমচৎ ওন্থোকপম্বু রাহৈ মরেং চানা কৃত্তিবাস লৌশিংবনা রাহমশৈনে।

সনা অযোধ্যা লৈবাককী রাজা দশরথ নিংথৌরেন মতৌ ইন্দ্র সরারেনগুম্বা নিংথৌ মমান্নবশিংনা সেবা থৌগন্নবা। নিংথৌ থম্নাগ মথৌমনবু নোংশা মচুম তাগুম্না অস্ত্র শাস্ত্র খুৎসু খুৎলাই লাইরিক লাইশু পুম্নমাবু চগখোনবা ধর্ম্ম লম্বী য়েংনা রাজ্য লৈবাক্ গাকশা রাজা নিংথৌ চোগলেম খানবা পুম্নমাকী রাজচক্রবর্ত্তি থোইখোইবা দশরথ নিংথৌরেন্না চৌংগু রঘু শিদবা রাম নিরঞ্জন অহেনবা। শ্রীরামচন্দ্র নামুংববু পুত্র ওইনা পোক্লগে তৌববু কর্ম থৌরম অম্নাম্ববু খাক্তনা রাহমক্কে। হে নর পোংবগাশিংও! চুপলেন নাপশ য়ুংনা নচিল রাম রাম শোন্না নাতাবিয়ো। কৌশল নিংথৌ মমোমলোন কৌশল্যা লৈমা অহেনবী চেংলৌ মাগী শকপ্রানথোংনা ভূমি লৈবাক গানবীগী মপান কৌশল নিংথৌরেন্না মমোম কন্যা লৈমা নিগথিবীবু হকশাং মপুং কারক্লবগী সমম্ন মতম ওকচিল্লক্লবদা নিংথৌ পুরোহিত মনাউরোকপু খোগলোম থৌশীরাগী সনা অযোধ্যা লৈবাক্কী রাজা দশরথ নিংথৌরেনবু পাউকৌহন্নুরবদা কৌশল নিংথৌ মমোমলোন মমোম কৌসল্যা নিগথিবীবু নিংথৌ শমু খুত্তা থুম্না লনকুজররে। দশরথ নিংথৌরেনগা সনা তুলাই তোংনা নিংথৌ মরৈবাক্তা মরান নুহোং খোগথোংপিরক্লবগা রাজা দশরথ নিংথৌরেন্না অযোধ্যা সনা কম্বাল তোংমন্নরে হায়দবরা? দশরথ নিংথৌরেন্না অযোধ্যা রানী কৌসল্যা লৈমা নিগথিবীগী বিবাহ নুহোংবা অহানববু কৃত্তিবাস শেমহৈবনা শেম্নমশৈনে অসিসুং মত্তোমদে।

ময়গ্রী মপূংয়ইগী কেকোয়া নিংথৌরেন ধর্ম্ম লম্মী য়েংনা রাজ্য লৈবাক ভাকপগী মমোম কণ্যা অহেনবী কৈকোয়ী গুণ মতিক লৈবীগী চেংলৌ শকপানথোংনা লৈবাক পুম্না ভানবী রাজ কণ্যা অহেনবীবু নুংগোং মতম ওক্লরবগী মালেম চিথেক ১০ মাকী রাজা নিংথৌ পুন্নমাবু পাউকৌরবদা মমোম কৈকেয়ী অহেনবী মথন্না রাজসভা লেংনা তিনবলক্কগী মমোম্না চেংলৌ চিংচুবা স্বামী কোরৌ মনোংথৌবু থনস্নো হায়না ময়গী মপুংয়াইগী স্বয়ম্বর নুংহোংকমদা নুমিৎ লিশিং খোক্লম নিংথৌ লেংনা তিননা ফমফম্লবদা কৈকেয়ী অহেনবীনা নিংথৌ মরক চগুলকপবু নুমিদাং থানা খোক্লকপগুম নিংথৌ লেংনা তিনবনা চেংলৌ মিংথিৎলবগী য়াথং য়াম্না হায়নাখিএ। রাজকণ্যা অহেনবী অসিদো কোরৌ নোংমদোংগী অপ্সরী চুকোই শাবীবু কুয়কপরা, গন্ধর্ব অশৈ শকপী রম্ভা উর্বশীবু ওইরবরা। তৌয়িগুম তিলোত্তমা অহেনবীবু লাক্লবরা পুর্ব্ব রাজা নিংথৌরেনগী মমোমলোন ইন্দু নিঙথবীনচুম অযোধ্যা নিংথৌরেনবু মথন্না স্বামী কোরৌ মনোংথৌবু ওইগে হায়না নিঙথনখিএ। নিংথৌ ঐথোয় লেংনা তিনবালক্কগী অযোধ্যা লৈমাবা রাজা দশরথ নিংথৌরেন্না থোইনা চেংলৌ শকোয় হেললে। রাজকণ্যা অহেনবী অসিনা চেংলৌ মিংচুনখিঙনে হায়না অসুম রাহমনখিএ। কেকোয়া নিংথৌ মমোমলোন কৈকেয়ী লৈমা অহেনবীনা রাজা দশরথ নিংথৌরেনবু স্বামী কোরৌ মনোংথৌবু ওইগে হায়না পায়মা মপূকনুংদা নিঙথল্লবদা রাজা দশরথ নিংথৌ মথোঙথাদা হংস কাংভা লমচংনা চেকলা থম্নাংচাক খোঙশূবী মিৎয়েংননা চিক খোয়খৈদুংগী রস অথুয়ানা চেংলৌ মিংশোক্লনা কৈকেয়ী শমু মথংতোন নিঙথিবীদা শিঙলেন চম্পা লৈনী লিক লৈরাং পরেং অচোনববু রাজা দশরথ নিংথৌরেনগী থবাক লিকসিলমদা কৈকেয়ী শমু মথংতোন নোংপোক রাররং লৈমুংশিঙ্গবীনা লৈরেং ভংকোই হুক্লা খোনবিখিএ। রাজা

নিংথৌ অয়াম্বা তাওজা ইকাই থোইনঃ রাজ্য মরমপাক্তা হলরাইখিরে হায়দবরা ?

"অসাইতৈগী সন। অযোধ্যা লৈবাক্তা রাজ দশরথ নিংথৌনা সীমা মথৈ লৈতনা মুংঙাই মরাংকায়, মুংঙাই থোইনা পানকরে হায়দবরা ? অমুম আনন্দ মুংঙাই থোইনা পাল্লিতৈ অযোধ্যা মরৈবাক্তা মদাইরেম প্রজা অমাম্বনা কোরৌ নোংজা খুদিং সনা শেনপাক চাকচানাববু অমরক হঙিন্দা নিতি মুমিৎ খুদিংদা দান ধর্ম তৌবদা দুখঃ অরাবা লৈতববু চাহৈ লিশিং শুনা পাল্লবগা দশরথ নিংথৌমুং মুহোংএ। নারি নুপী অয়াম্বী-রক্তগী সুমিত্রা অহেনবী চেংলৌ শকপানথো না অযোধ্যা লৈবাক শুনবীবু ওইরবগী দশরথ নিংথৌরেননা পায়মা উনকোয়-মুংবু পুকনিং থেংকোই নীকখিএ। মশানৌ কৈকেয়ী রাইমাবীবু থোইনা অপাম চেংলৌ মিংচুরবগী প্রাণপ্রবায় থম্মা য়োয়নরে। বিদ্যাধরী চুকোই শাবী লৈরাং মানবীদি সুভাগ্য চাংঙ লাইবক ফবীবু ওইরবগী শনি মিংয়েং তেনবাল রাণী লৌশিং পুকনিং থোকতনা অযোধ্যা রায়েননিংত্রবগী রাজ্য মরৈবাক্তো লাংহৈ কুমশিং ১২ শুনা কোরৌ হনকাং নীক্লা নোংলেন রিতান-বগী নোংজা শিঙবুম অমদা নারদ মুনি লৌশিংবনা নিংথৌ কোনলোয় শঙায়দা চঙখিরবগী রাজা দশরথ নিংথৌরেম্না সনা ফান্দেং থানা ফম্মহল্লে। শিঙলেন লৈময়োম্না ইরাং-লবগা নারদ গোবাই অথোইবনা রাকৎচখিএ— হে রাজা নিংথৌরেন-ও! নিংথৌ রাজ্য নরৈবাক অসিবু দুখঃ অরা নংচিল্লকলে। অসিমুং মদোমদে।

হে রাজা নিংথৌরেন ও। নত্তৌ দুষ্ট অয়োনবনা হয়েং দুখঃ অরানংবু রাম্না চঙহৌরকতৈনে। "মুনি কোলোয় ইয়াথংবু নিংথৌ উনবি থোয়খৈ তানা রাখনচৌও হায়না রাহমথোলগী দশরথ নিংথৌরেন। য়োইমায়াই মুমিৎ মচেঙ পাচামাদা নাউ-নৌবানা হোয় মহামুনিরেন-ও, নিংথৌ ঐদি রারম লানফেং

খঙঙমদরবনে। দুই অয়োনবা মৈরিয়োইএ। তুঙান কনা অমবু হিংসা য়েক্কববু পুম্না লৈতে। অযোধ্যা ইপুংরাইদস্তুং নিংথৌ রাজেল শোয়দে হায়রগদবনো। খঙঙমদুদে হায়না পাউ-খুম্বু মহা মুনিরেননা অনৌবা, রাহমখিএ। হে দশরথ নিংথৌ রেন-ও! নঙগী পায়মা উনকোইন্নুংদা শনি থাংজা অকনবা কুহিনী থরানপিগাকস্তুং সনা হকচাংলেন্দা চঙলবগী ইন্দ্র সরারেন্না লাংথৈ কুমশিং ১২ গুনা লিক্লা নোংজুহন্দরে। রায়ম অসি য়েংনা দুলাই রথ তোংনা সনা নরৈবাকপু নগর খুন্নং কোয়না নমু পোং, য়াওরো শা, পোনবী উচেক, ঙারা ঙাশিং, কৌচেং হারৌ, ককচেং থোইয়া, জীব জন্তু, থরায় পানবা পুম্নমাকী শক্ক য়ারা মখোঙ্গেনবু নাঙাক্কও। হায়না পাউতাকপিরম্লগা নারদ মহামুনিরেন্দি গৃহ ময়ুমলেম্মা হলরাইখিরে হায়এ। অসাইনৈগী মুনি মরাথংদগী দশরথ নিংথৌরেনদি দুলাই রথ খোঙওইনন দক্ষিন থানা পাংথোবরম নগর খুন্নংকোয়, মালং মানা লোইনা পোনবি চিনদিননা চেক্লা তুরোননানা পাউমেন-নঙমএ। চেকলা ইথংলেন-ও! লহান হরিচন্দ্রগী সূর্য্যবংশ শাগৈরেনদা রাজা নিংথৌরেনবু নিংথৌ মথং মথং শমথরকপাদস্তুং চিন্তা পূকনিং চঙববু লৈরক্তে। দশরথ লৈমাবগী নিংথৌ কল্প মহাকথক অসিদদি লাংথৈ কুমশিং ১২ নি গুনা নোংলেন য়িভাদবগী লাইজা য়িনাচিংনা চেক্লা ইচিঙাকপু রাংলে। রাজা দশরথ নিংথৌরেনগী ভূমি মররপাক অসিদা কোরৌ নোংবুম শাংনা য়ঙ্গে ইরবদি আয়ু ঐথোরগী পুন্সি চেঙজেন কুইদনা নোংমনঙৈনে। পামেল উয়াম হৌরিবা অসিদহুম পোনবি ঐথোরগী য়াকাফম চেকলা পোংশৈফমবু ওইরুরসে। পুত্র ইচা ৭ মাপু য়াওনা ইনদানখিরসে হায়না চেক্লা কোরৌ নোংবুপাং। পক্ষী পিরেম থকমাদনা নাতাৱবগী অযোধ্যা লৈমাবনা চেকলা মায়য়োক থাকংননা রাহমখিএ— হে পক্ষী লৌশিংবও। চেক্লা নখোঙ লেঙবিহিঙনো। লাইজা য়িনাচিংনা

আহার চিঙ্গাক রাংলবদি খোইমোম লাইনা তম্নকৈঙেনে, চেক্লা থরায় রারুগুনো হায়না থৌখামচিললে হায়দবরা ?

অযোধ্যা লৈমাবা রাজা নিংথৌরেননা পাঙ্গল মপা তাম্বগী চেরা থৌওইদনা কোরৌ নোংদা কানা ইন্দ্র সরারেন মমাঙ শংশংবদা রাথং অনৌবনা রাহমচাখিএ — চী ঙ থব নো নিংখৌ হে শচি মপুরেনও! নঙবু নাতাবিও। চীঙ নকুম তমবু কোরৌ থমনোং খোংনা লাইক্লা য়িথাবিদ্রবদি অমরা নরৈবাকপু সরারেন লয়খোঙ কায়না লৈবাক পূমনা লোকচৈঙেনে হায়না রাহমলুববু বাসব পাখং য়োইরেনবা হে দশরথ নিংথৌরেলও শমু নঙগী নহকশাংদা রুহিনী তোংচেং কায়নৌ থরানশিচাককা শনি মিংয়েং তানচুম্বগা ২ মানা গৃহ ক্ষমথুং ওইনা চারিবগী তৌশিকনে। রাজা নিংথৌরেনও হায়না রাহমখোনবু নাতারবদা রাজা দশরথ নিংথৌরেননা শনি মখোঙখাদা লাপ্লা পাউমেনখোনগী শনি মিংয়েং তেনবানরাগী লাংকোই শগোল ৮মা রথ ঢুলাই চাকলেন তেক্লা রথ চোইনা কেল্লবগী দশরথ নিংথৌরেন্দি কোরৌ নোংলাংপান অরাংবদগী ফেন্থক্রুবগী জটায়ু পক্ষী চেকনিংথৌনা উরবদা পায়মা মপূকনুংদা নিঙখন-খিএ। সূর্য্য মচেংপাচামাদা নাউরেনবা রাজা নিংথৌরেননে হায়বগীদমকপু কোরৌ নোংখাংমাদা বংশ শাগৈ মাঙলগনে হায়না চেক্লা শাগল তূফাং ফল, পোনবী শাগল থকতা রথ ১ রক মপূং লাকনা ঢুলাই শাপোৎ শেমহৌরবদা রাজা দশরথ নিংথৌরেননা পক্ষী লৌশিংবগী গুণ মতিক খঙলবদা রাথং ভক্তি তৌনা রাহমখিএ। হে শোনবি চেকনিংথৌ চেক্লা শাক কনবাও! নঙদি পনথৌ লেপলৌ শিনগুম্না মহাকনে হায়না চীংলেন পলংদা ১দি খোঙ নুঙগা ওই, শভু মানতে অয়াম্বনা মৈশূৎ ওই, খাম্বী মৈয়েনা আগর চন্দন শিঙওইনানা দশরথ নিংথৌ জটায়ু পক্ষী চেকনিংথৌশুং খিংলৌ নিঙনা তেনা চেক্লা মকাইকমদা

হলরাইখিরে হায়দবরা? কৃত্তিবাস অহৈবনা মিত্র লমলোই অচেংপা অনিমাগী রারী চৌংশাং থোইরেন শীগুম্বু রাথং লেংশিনশৈনে।

অসাইগী দশরথ নিংথৌম্তুং থিংলো অমরক নিঙনা ঙেনা শনি মিংয়েং ঙেনবাল চুম্বগী মমাঙ শ শংবদা লেপ্প-হোক্লবু শনি চিনকোই মগ্গাথংনা অনৌবা রাহমঙমএ— হে অযোধ্যা খুননিংথৌ-ও! নঙদি পায়মা লৌশিং তাম্না শনি ইমাঙ করম শ শংবদা করম লেপ্পরবনো। লহাল পূর্ব্ব হয়িচকঙৈদা পার্ব্বতী মপারী গনপতি হেনবম্তুং মিংয়ে ঐগী ঙেনবান-থোনগী তাঙজা লুরেন কেল্লববু ইন্দ্র সরারেনগী মখুনেং ঐরাবত অঙৌবগী শামু কোকনি লোঙববু তাঙজা মকোক কক লাংগোই লুরেন অমা খাইনা তাঙজা লুরেন পালহলএ হায়বগীবু কোলোয় মমিংথোংবু গজানন-ও হায়না মিংথোংএ। মিংয়েং ঐগী পানদমখোননা খোইমোম লাইগী মচানম্তুং তাঙজা লুরেন কেম্না লায় খিএ। সুয্য নুমিৎ মচেং পাচামাদা নাউয়াল্লবা রাজা নিংথোরেনবু নত্তম্মিগীদি প্রান থরায় তংনা নোংমলহনঙৈনে। তৌরিঙুব পায়মা নঙগী উনকোয়নুংদা বর মমত্তংদুম লননিচৌও। হায়না রাহমবিরবগী দশরথ নিংথৌরেননা হোয়, শনি নয়নকুদি অযোধ্যা ইরৈবাকতা কোরৌ হনকাংনরববু কোরৌ খোংদুম খোং. রাংবল লাউতুম লাউনা নোংলেন লাইজা য়িথাবিও হায়না বর লনকু নিজববু হোয়য়াবিরে হায়এ। খোইমোম মরনকুগিনা হর উ পূ ঙ পেম্না মি লৌ নিঙনা ঙেনা অযোধ্যা মপু য়াইদ। হলরাইরকলে হায়নবর?

দশরথ নিংথৌরেন্না কোরৌ নুমিৎমা থেনলেন মতম অফবদা পনম নোংশিৎ লাংনা রায়রা শানাকে হায়বগী নিংথৌ যাত্রা থোঙশানখিববু শজি শাঙাঙ শয়ু লৈরাং জীব থরায় পানবা অমত্তবু মিংয়েং শানখৈরবগী সরযু নদী লাইজা জৈরিকলাইবু ইন্দানখিবদা মহামুনিরেন অথোইবা চকখোম

থাউমৈ অরাবগুম্বা অন্ধক মুনি মিত্তাংবা মপারী বালক অত্তাং অপিশা তম্না চাকখোং হৈরবনা মশল মুনিরেনগীদমকপু তরা চাকখোংবিনবা সনাপুল থূত্তা শূনা ইমু ময়োল শংপগী পুলাং লাইজা ইরাউখোনবু গুঙ্গ প্রামু লুপ্নাংবগী শব্দ খাঙ্গেল মাননা নাত্তারবদা রাজা নিংথৌরেনগী রায়রা মতেনচা খোঙ্গেল মখোল তানা পানচুম তেনবু লীরী থম্মোং তিংনা তেঙ্কা-খিরবদা অন্ধক মুনি মপারীগী থমোই অখিবদা থারবগী মুনি মপারী নাৱা অপিশানা পায়মা নিংশা শংহোল ভমদা য়ম্বা খোঙ্গেল পীক্কা রায়রা তেম্না থারবা নত্তবু কনানো, কোলোয় নমিংথোং করি কৌবা বংশ শাগৈরেনস্তং করম্বনো, নাম্বা অপিশা ঐদি ইপল মুনি শাংমাবা পনলেম ইমা পোকমাবীগাবু চেলৌ মমিং ফুল্লবগীদমকপু মপারী ইদোম নত্তাইরবগী ইপল অনি মাবু কোরৌ নোংজা থুদিং তরা চাইবগীনে। অপরাধ লঙ্জা করি লৈবগীবু উনবি চক্ম লেংনা চৈপীররবনো ? পন্থৌ পলেম অনিমাদি মপারী ঐবু লৈতরবগা প্রাণ থরায় তংনা নোংমল্লুইরে। রায়রা তেনকা শংনা পুচেম্বীও। ইপল অনি মাদি শ্রীফল তাউজিং হৈখো থ মী পামেল উখোংথাদা মরান য়িমওইনরিএ হায়রম্লম্বগা প্রাণ থরায় তংথিদ্রে হায়দবরা ?

দশরথ নিংথৌরেম্ন মুনি মপারী নোংমল্লববু নিংথৌদা কোম্না মুনি মখোঙ থাদা পাউতাকখিএ। হে মহামুনিরেন অন্ধক লাইবু মিত্তবা-ও মুনি নপারীবু নোংমললে হায়ববু অন্ধক মুনিরেম্না পারী অমম নোংকাররবাবু কৈরা তান্দা থোং তাঙ্জা মকোক নাম্না মীকপথিএ— পারী নারা অপিশা নত্তবু কোরৌ নোঙ্গাখিরবদি নপল ইখিংতাম্নং চহু তিলাং লৌ ইরাল খোয়দৌ ওংত্তমদরবগী তরা চাপুক লামনা নোং-মলইরে হায়না মীকপলিই দশরথ নিংথৌনা নিংথৌ কোলৌগী মমিংথা সূর্য মচেংপাচাবাদা নাউরেনবা ঐগী রায়রা ইতৈনচাদা

নপারীবু নোংমলংনৱে হায়না রাহমখে'নগী অন্ধক মুনিরেননা হে দশরথ নিংথৌও ! মুনি ঐনা ইপারী থাইনবগী দুখ অয়াবা তরা চাপুক লান্না অসিথম্বু নিংথৌ নঙন্ত নপারী দুঃচানববু থিকলেন নথা কায়না থাইনৌও হায়না শাপ মিচৈরবগী বাজা দশরথ নিংথৌরেম্না হে ঋষি অথোইবা-ও ! মুনি চিনকোয় নয়'থ' অসি কোরো নোংপুম করোনোংসু' মাঙক-রোইএ। মুনি নরনকুপীনা ইপারা শাংজদরবসু শাংঙৈনে। পারী লাংলেন বাপীহল অযোধ্যা মপুরেন ওইনববু পোক্লরবদি নিংথৌ ইরাইবক্তানিনা অমন নোংগাথিরবসুং পূকনিং শোঙকি লৈখোইএ হায়না পাউথুমখোনগী হে রাজা নিংথৌরেলও ! মুনি ইখোঙথাদা অপরাধ লঙজরাগী বব লনকু অথোইববু কংথিরবনে। হয়েং অযোধ্যা নপুংয়ায়রহুম অশ্বমেধ যজ্ঞ মণ্ডপ তৌক্লরবগা খোইমোম বিষ্ণু মথমনা অংশ মথায় মরি ওইনা পোক্লরঙৈনে। নপারী প্রথম অহানবা হান্না শাংলক-পদি দেব নারায়ন শংশংববু পোক্লরঙৈনে। হে দশরথ নিংথৌও ! নঙদি নপারী দেব নারায়ন শংশংবা অতুবু পোক্লবদা চাহি ১২ তরবগা মুনি ঐগী মীচৈখোন অসিনা নঙগী প্রান থরায় তংনা কে'নৌ নোঙ্গাথিঙৈনে হায়নরবগা দশরথ নিংথৌরেন্দি পূকনিং হরাউ চঙনা মুনি মখোঙথাদগী সনা মরৈবাক্ত হলরাইথিরে।

অসাইঙৈগী অন্ধক মুনিরেনসুং মপারী সুংশিরাগী প্রাণ থরায় তংনা কোরো নোংকাথিরবদা অযোধ্যা লৈমাবা দশরথ নিংথৌরেন্দি মুনি মীচৈখোনগী বয় লনকু অচৌবা কংজবা অসিবু কৃত্তিবাস অহৈবনা রাহমশৈনে।

লহান মুনি মীচৈখোনবু নিংথৌ পূকনিং কাউদনা মদাইরেম অযোধ্যা পান্ত্র মন্ত্রি অয়াম্বদা রাহয়থিএ। অস্তুম মন্ত্রনা রাজানরিঙৈ সময় হিংচাবনা ইন্দ্র সভারেম্দা হরেল লান্দারাগী ইন্দ্র সভারেননা হে রাজা দশরথ নিংথৌরেনও !

সমর হিংচাববু মাঙহনবিও। খোইমোম ঐখোয়গী সেকচুপ পম্বাই ওইবিয়ো হায়জখোনগীনিগীনা দশরথ নিংথৌরেনদি ইন্দ্র সরায়েন রাথং তানা খৌদো‌ংখিএ। নিংথৌ ফিরোয়শেং রথ খোঙওইননা কোয়ৌ নোংমৈপাক্কা হুয়েল লানতানখৎলকখিএ। দেব গন্ধর্ব রায়রা মতেনচাবু তেম্বারবদা সমর হিংচাবনা লানকম মৈশা লাংনা নিংথৌ মাইয়োক য়ানা লাং হিংচা মতেনচাবু তেনবি নোংচুননা হুয়েল লানশোক্লরবদা রাজা নিংথৌরেনসুং রায়রা মতেনচা মক্কবা চন্দ্র থাচেৎশাববু থম্না কাপখিববু সমর হিংচাবগী তাঙজা মরুতোনবু মালেম লয়দা তানা নোংমল হললে। সঙানেন মথুংপাক্কা অমরাপুর লৈবাকপু থত্তা চয়জহল্লবগী দেব সর্ব লাইয়িংথৌদি খোইমোম য়োইকোনসুং অচনবদা সনা লিকলু ওইনা দেব লাই অয়াম্বনা রাজা নিংথৌরেনগী গুণ মতিক থঙনা প্রশংসা থাগৎনখিরে হায়দবরা ?

দশরথ অকনবদি থিংলৌ নিঙনা তেনা নিংথৌ সনা য়োইকোনসু দা রাইথুংলরে। মশানৌ কৈকেয়ি য়াইমবী শিংলেন থম্বাল মানবীনা স্বামী মপু অরোইবা লানশোক মৈশা লাংববু অরা থৌদোংননবা ভক্তি সেবা লায়দা পূকনিং মথোই তোংনা থৌখলমনগী লানশোক অরা কোক্লবদা নিংথৌ পূকনিং থৌজাল থোইনা শানৌ কৈকেয়ী অহেনবীও। পায়মা নঙগী উনকোয়সুংদা পূকনিং করি নিঙবনো। কুবিগে হায়না পাউহংববু হোই হে রাজা নিংথৌরেল স্বামী অরোইবও! হয়েং সমর মতম করম্বা অমা থোক্লরবদা নিংথৌ নরুমপানবী বর লননিজগে কুবিও পাউথুমলোএ। অসিসুং মদোমদে। দশরথ শমু মহকশাং নিংথৌ চৈরে ফিকুমুং গুহ্য দ্বার খোঙজিম অচিনবদা ইকম লাইপোম থুংএ। পায়মা মপূকসুংদসুং পুকলাই লাইথুং অমা থুলেবগী রাজা নিংথৌরেলনা মদাইয়েম পাত্র অঙম্বশিংদা হাহমখিএ। নিংথৌ ঐবু লাইথুং পোৎমুম চঙচিন্নকলে,

পুনশি ঐগী চেঙজেল লোমচিল্লক্লবরা? নিংথৌ ঐনা অমন নোংগাখিরবদি সূর্য্য ঐগী মচেংপাচামা ধারা শমথরকপবু লৈতবগী সনা ফম্বাল লেপ্পিনববু কনা লৈতে হে তম্নমশিংও! নিংথৌ ইহকশা'দা ব্যাধি লাইথুং কোক্লবা ধ্বনন্তরি হিদাক হৈবশিংবু থুনা পাউকৌক্লও হায়না রাজয়খোনগী মদাইরেম খোঙলোয় অয়াঙবশিংনা ধ্বনন্তরি হিদাক হৈববু য়াঙনা পাউ-কৌকরে। নিংথৌ মহকশাংদা অমা লাইয়ে'লবদা হে রাজা নি'থৌরেনও। পূকলাই লায়থু' অনাবদি হিদাক ময়ান শেম্না লায়য়েংলর্বদি হে রাজা নিংথৌরেনও! হিদাক ময়ান শেম ঔষধি হিদাক চানা লায়য়েংঙমহৈনে, চৈরৈ ফিকুনু'গী ইরুম লাইপোম থুংবদি মুখ চিন্না ফংনা চূপথোকহলও হায়নরবগা ধ্বনন্তরি হিদাক হৈবনা হিদাক ময়ান শেম, মন্ত্র কাইশোল শোন্না ঔষধি হিদাক চ হল্লবগা পূকলাই অনাবা ফখিরে। ধ্বনন্তরী হিদাক হৈববু নিংথৌ থৌজাল থোইনা ময়ান য়্রিমখিনখিরে।

দশরথ নিংথৌরেম্না অনৌবা রাহমখিএ। ইশানৌ কণ্যা অহেনবিশিংও! নিংথৌ ঐগী ব্যাধি অকম্না অসিবু মতৌ করম কোকশিবনো? শানৌ প্রিয়া চান্নবীশিংও! য়োইহৈ নখোয়গী মুখ চিন্না ফ'মা চূপথোকলাও হায়না পাউমেনববু রাজকণ্যা পুন্নমানা হোয়ম্নাদরবদা মশানৌ কৈকেয়ী য়াইমবীনা ইরুম লাইপোম তমথিববু মুখ চিন্না ফংনা ঈচূপথোক্লবগী নিংথৌ অনা লায়কোক্লবদা শানৌ কৈকেয়ী অহেনবীও! নঙদি পলেম লেপলৌশিনগুম্বী মহাকনে। হৌজিক নিংথৌ ইরুম-পানগী মুংঙাই মরাং কায়না পাললিজৈ অসিদা পূকনিং অপাম্ববু করি লৈবনো কুবিগে হায়না পাউহংববু কৈকেয়ী য়াইমবীনা হোয় হে রাজা নিংথৌরেনও! লহানোং ফয়েল লানশোক নোংগী থৌজাল নরলকু হৌজিক দয়া নথৌজানগা ২ মাবু মদোম লৈজখিগুনো। হয়েং কর্ম্ম মঙম থোরবদা বয় লনিজগে

নদাইরেম ঐবু থৌজাল চেপ্পা হৈনা লনকুম্বিনৌও হায়না পুরুমজরৌবা অসিবু নর পোংবাচাশিংনা উনবি পুকনিং শেপ্পা তারবদি সংসার রাংমা লায়খিএ। কৈকেয়ী থৌজানরা দশরথ লনকুশৈদি অসিনে।

সনা অযোধ্যা লয়মাবা রাজা দশরথ নিংথৌরেননা নিংথৌ আসন মফমলেন্দ্রা ফম্ফম্লবগা রাজা দশরথ নিংথৌরেন্না রাজ সভা লেংনা তিনবদা রাহমখিএ— হে তয়ম পাত্র অঙম্বা মন্ত্রি ৮ মা সুমন্ত শাথৌবা ব্রাহ্মণ বামন পুন্নমাও, লহান অন্ধক মুনি ময়াথংনা হায়রম্ববু নৈবনে। হে তয়মশিংও! পারী নুংজান-রাগী প্রাণ থরায় তৎনা নোংমনও হায়রম্ববু নৈবনে। মুনি মাগী চিনকোয় ময়াথং অদুবু নৈরাং অতিংঙাবু ওইরবরা পারী রাজ্য নৈবাক ঙাকপবু শাওরবদি সূর্য্য মুমিৎ শাগে মাংলে হায়না নিংথৌ পূকনিং চিন্তা তৌনা রাথনববু মতাইরেম পাত্র অঙম্বশিংনা হোই রাজা নিংথৌরেলও! অযোধ্যা নরয়পাক ঙাকনবা পুত্র মচা পোক্কে হায়রবদি অশ্বমেধ যজ্ঞ মণ্ডম তৌও হায়না রাকৎচববু রাজা নিংথৌরেন্না মদাইরেম সুমন্ত লৌশিংবদা তয়ম নঙনা বশিষ্ঠ লৌশিংববু পাউকৌরুও হায়না রাহমখোনগী সুমন্ত লৌশিংবনা হে রাজা নিংথৌরেনও! বিভূমুখ মুনিরেনগী মপারী ঋষিশৃঙ্গ মুনিরেন অথোইববু যজ্ঞ মণ্ডম তৌরবগা নিংথৌ পায়মা উনকোইনুংগী আশা পূকনিং পাঙৈঙনে। রাজা নিংথৌরেল অথোইব-ও! লহাল অঙ্গদেশ মরৈবাক্নুং লাইজা য়িতাদয়ববু মুনি মানা নোংলেন ইচুহললে হায়না অসুম পাউতাক্লবদা নিংথৌ পূক্লিং পেন্না হরাউখিরে। লুবস নিংথৌ মরৈবাক্কী ঋষিশৃঙ্গ মুনিরেনবু য়াঙনা পাউকৌ-লুরবদা মুনি গুণ মতিক য়েংনা নিংথৌ শমু মখূৎ লোন্, কাউবী চীগ লুক, মুণি মথোঙখাদা রাথং ভক্তি তৌনা হায়জখিএ— হে মহামুনিরেনও! ঋষি অথোইবও! কৃপা নথৌজান্দগী পুত্র ইপারীবু পোকচগে। মুংশি লৈথৈ ভারবা ঐনা মুনি

সনা নখোঙ খাদা বর লননিজববু য়োন্দনা লনকুপিনৌও হায়না লননিজববু মুণি য়াখং লনকুপনা হোয় য়ারে। হে রাজা নিংথৌরেলও! শ্রী স্বয়ং ভগবান অখোইবনা পুত্র নপারীবু ওইনা পোক্লৈঙেনে। লহান অন্ধক মুনি মমিং তাঙবা কোলোয় ময়াথংদো অদুবু শোয়দনা হৌজিক মতম অসিদা য়োন্মনা রায়-থুংলৈঙেনে। পূক্নিং চিন্তা তৌরগুনো যজ্ঞ মঙম অচৌবরক্তগী অশ্বমেধ যজ্ঞ মঙম অখোইববু তৌজোও। বিষ্ণু অংশ মপুম-মানা নপারী ৪ ওইনা পোক্লৈঙেনে হায়না অসুম পাউত'ক পিরবগা দশরথ নিংথৌরেনদি হরাউ পূকনিংচঙ রাজা মাগী পুরোহিত মনাউয়োক বশিষ্ঠ মুনিরেনবু য়াঙনা পাউকৌরবদা রাজা নি'থৌরেননা হায়জখিএ —নিংথৌ ইরৈবাক্তী মুনি অখোইব-ও। নঙনা হরাউ পূকনিং চঙনা মঙম পোৎয়াউ অয়াম্ববু শংলো নখৌ লাঙবি-ও। সামগ্রী মশীং শু সুমন্ত অঙম্বু হাইমু খুত্তা শূ, মুনি খুত্তা থুম্না যজ্ঞ মঙম হোবি-ও হায়রবগা বশিষ্ঠ মুনিরেন্না হে সুমন্ত অঙম্বা নঙবু নাতাউ-ও। মঙম পোৎয়াউ অয়াম্বদি যব লোইমোম ফৌময়োল, লোইবী কোয়রেং হাও-খোইতিং অমুবা, তরা চেঙমাচং, কাও'রল শনপি শন্নাউ, শনখোম দুগ্ধ অহিংবা, দধি অফম্বা, ঘি হাউখোইবা, চিনি, হৈরাংচান পোৎলম অয়াম্ববুসুং লৌরুরো। মঙম স্থান মফম ফান্না শেম-হল-ও, ঘি পূলাং লখা ৮০ সু পোৎলেন মশীং থীঙমদনা শ্রীফল তলা উমায়োনগী সৰোবর ঘিহৈনবা কুণ্ড মৈফম শেম, শগোল শামু মশীং থীঙমদা মপৈ ৩০ থম্না মঙম পোৎয়'ও অয়াম্বা অসি খৈবিকপু ভাণ্ডারী লনকৈ শাউ-ও। যজ্ঞ মঙম তোননবা মফম যুথক ১০০ পাক্লা খোরমা নাপী ফালহলও। সরোবর পুখ্রি নিঙমিবসুং চাউনা তৌহলও। শঙলেন মুথক ১০০ শা'না যজ্ঞ মঙম য়াজবা খোইমোম লাইকরথোশিংগীদমকপু শঙলেন অমা তৈনা শা, কৰ্ম্ম থৌরাং মশীং রাৎহন্মনা য়েনলাং থৌরাং খিলহল্লগুনো হায়না রাহল্লবগী মুনি ময়াথংদগী সুমন্ত অঙম্বনা

যজ্ঞ মণ্ডপ তৌনফমবু তৈনা শেম, মুনি মাঙদা থম্না গৃহ সনা শঙত্রেং শারে। খৌহ্ হুপমিবা মণি মুক্তা থাম্বা নুংদা থাক খোঙরাই শেম পুখরি শানকা কোয়না চেক চললে। সংসার পুমনামাদাগী রাজা নিংথৌ ফম্নবা চোয়নৌ সনা মপাক্তা লাঙ্গোই মোইশা য়াশা য়াগী রাচেৎ কায়তোং চম্না সনা চিদাই খোমনা ফকলাং য়িমকোয়ননা শানশেম্বা অহেং শঙখূংশা হেকশঙ মুংওনববু শঙলেন মথোন নিঙখিবা চেংলৌ মিংপু লংববু মশীং ১০০ শুনা শানশেমখিএ। মুনি ঋষি অয়াম্বগীদমকস্তুং শাজায় মরেং শাইএ। গৃহ শঙত্রেং য়াম্বদি লখা মশীং লাক-ঙমদনা শানশেমলে ফায়দবরা?

রাজ সভা অয়াম্বগীদমকস্তুং কৈথেল তৈনা শা, দান শরুক শিন্নবা চোয়নৌ সনা রুপা মণি মাণিক্য থীঙমদা। ভাণ্ডারী লনকৈ থননা নোংহাম্লবদা বশিষ্ঠ মুনিরেন্না রাজা নিংথৌরেন্দা মণ্ডপ পোংয়াউ অয়াম্ববু পোৎলোয় মশীং শুরে হায়না রাকৎ-লবগা দশরথ নিংথেরেননা মালেম চিংথেক ৪ মাদা উনবা পূকনিং খল, নিংথৌ মশক থা, খোঙলোয় পাউখোল শীন্না শিঙলেন বার্ত্তন তৌনা পাউকৌহনখিএ। সনা মিথিলা মরৈবাককী রাজা জনক ঋষি নিংথৌরেনগা সমোলো লৌমলো অর্কপা ৮৬ মাস্তুং সনা মরৈবাকীবু যাত্রা খোঙশাল্লকলে। অঙ্গদেশ মরম্পাককী লুমাবাস নিংথৌরেনস্তুং স সার পুন্নমাকী রাজা নিংথৌ অয়াম্বস্তুং দক্ষিণ খানা থংবরমগী নিংথৌ ৮৬ মাস্তুং যজ্ঞ মণ্ডপ তৌফমদা বার্ত্তন মপুম রাৎতনা সনা অযোধ্যা লয়মায়োন্দা রাইথুংলরে। দশরথ নিংথৌরেন্না নিংথৌ অয়াম্বগী রাজচক্রবর্ত্তি র য়েনবনিগীনা ইশা তুকুপ চুং চকমোম লানশাতুঙন্না শোঙকিনৈ। বশিষ্ঠ মহামুনিরেন্না হাওশি ঙমগাচিংনা মুনি মঙাইরোইশিংবু লখা ২ শুনা যজ্ঞ ফমলেন্দা মণ্ডলি চাউকোই মরেং ফমলে। ঋষিশৃঙ্গ মুনিরেননা সরোবর ঘিহৈনববু শমু খূঙা পায়, ঘি থোইদিং রাওনা দশরথ নিংথৌরেনগী পুত্র

মচা পোক্লবা বেদ মন্ত্র শোননা সরোবর ঘিহৈ থোইরে। রাজা নিংথৌরেনস্তুং যজ্ঞ মণ্ডম মফমদা প্রণাম মালেম লয়দা পক্লা অষ্টাঙ্গ মফম ৮ না পঞ্চাঙ্গ মরেন থিনা বর লননিজরগৈ আকাশ অতিংঙাদগী য়াবা খোজেল থোক্লা লাউথরকএ। রাজা দশানন মকোক ১০ পানববু প্রাণ থরায় হাংনবা শ্রী স্বয়ং মহকশাংনা অবতার শংশং পোক্লরগেনে হায়ববু শূণ্য অতিংঙাদা বিষ্ণু আজ্ঞা ময়াথংবু শেপনা লাউরকপবু নাতারবগী লঙ্কেশ্বর লৈমাবা রাবন নিংথৌ শিনবা রাবু ঋষিশৃঙ্গ মুনিরেম্না হে রাজা নিংথৌরেনও! খোইমোম ময়াথংবু নাতাজোও। রাবন নিংথৌরেনগী প্রাণ থরায় মাঙননববু। খোইমোম নারায়ণ শিদবনা তাইবং নর মীবু ওইনা পোক্লগেনে। অস্তুম রাকম্নরগৈ দেব সর্ব্ব অয়াম্বশিংনস্তুং পুষ্প শিঙলেন ওইনম্নবু লৈরাং লৈরিক নোংচুননা জয় রাইফা শোননাববু শংশং নাতারবগী রাজা দশরথ নিংথৌরেন্দি পায়মা মপুক্লুংবু পুকনিং সুংঙাই থোইরে হায়দবরা? কৃত্তিবাস অহৈবনা শেম্নমশৈ রামায়ণ রারী অহানববু য়াথং মরেং চানা শেম্নমশৈদি অসিনে।//

সনা অযোধ্যা লৈমাবা দশরথ নিংথৌরেন্দি কার্ত্তা রায়েন ভৌরগৈ পুত্র মপারী অথোইববু তানফংজোও হায়না মোংদম-খোনগী যজ্ঞ ফম্বিরেন্দা ফম্ময়লে হায়দবরা? রাবন নিংথৌ ফত্তবা থম্নাং মথৌমনগী চীংঙু লেংনা ভিনবশিংদি কোরৌ নোংমদোন্দা য়াজোইফদরবগী দমক পঞ্চানন ওাঙজা লুরেন ৫ পাম্না হেনমোইবা ব্রহ্মা সনা মখোঙথাদা য়াথং অনোনবনা রাকৎচরবগা দেব সর্ব্ব অয়াম্বগী কোলোম ময়াথংবু ব্রহ্মা মচিল ৪ পানবনা নাভারবগী হে খোইমোম লেংনা ভিনবশিংও! অরা পুক্লিং শোঙকি লৈগুনো। রাবন দশাননবু প্রাণ থরায় মাঙননবা আয়ু মাগী পুনশি শুজিম্লকলে। অযোধ্যা সনা লৈবাক্কী রাজা নিংথৌরেননা পুত্র মচা পোকচগে হায়বগী যজ্ঞ মণ্ডম তৌজরিএ। হরি খোইমোম লাইয়িংথৌনা পুত্র

মচা ওইনা পোক্লৈগে। দেব লাই অয়াম্বশিং-ও, ঘৃত শঙ্গোম অহিংবগী সমুদ্র ঈরেনপুংদা চৌংঙু শিদবনা য়াতাকমদা লৈরিববু খোইমোম সনা মখোঙ থাদা বিনয় য়াথং অমেঙবনা য়াকৎ-চরুসে হায়রবদা ব্রহ্মা সনা ময়াথংবু চৌংঙু অয়াম্বনা নাতারবগী ঘৃত শঙ্গোম অহিংবগী লাইজা ঈরেন পুংদা আনন্ত তোকলেন লিশিং পানববু সনা সেকপিন ওই, লক্ষ্মী সরস্বতী অনিমানা খোইমোম নাক্তা থম্না বিষ্ণু য়াত'ফমদা খোইমোম অয়াম্বা চৎনা মানবী শুঙকনানা ভক্তি লৈথোনজখিএ। থম্বাল লৈকা ৮ লোঙবা থকতা চৌংঙু নিরঞ্জন কৌনা ফম্ফম্বা লাইয়িংথৌ-ও, নাম্না নশানওনবু কনা থঙঙমদবগী খোইযোম সনা নখোঙ থাদা উনবি পুকনিং লেপনা নিঙজরবগী নমু মীওইবশিংবু কৃপা নথৌজানগী মুক্তি ফম্বিরেন অথোইববু শমু খুত্তা থুম্না পীনহৈবা লাইসুং নঙনে। চৌংঙু নঙল থাম্বা স্বরূপ চেংলৌ শকপানথোংবু কনা থঙঙমদবা প্রভু কোয়ৌ ইনোংথৌ-ও! দানব হিংচাবা পুম্নমাবু প্রাণ থরায় হাংনা চৌংঙু ঐখোর পুম্নমাগী শেকচূপ পন্দাই ওইনা ঙাকপিও। ব্রহ্মা মহেশ্বর অনিমানা ফংফদবা লাইয়িংথৌ নঙনা নদাইরেম ভাইবং সংসার পুম্নমাবু ঙাকপিগে। লঙ্কা নিংথৌ হিংচাবনা ব্রহ্মা লনকুয়াগী পাঙ্গল থুৎঙম থিনা খোইমো'ম ঐখোয়গী কোয়ৌ মথলমাগী থৌদা কমলেন্দা চৌংঙু নঙনা শেম্বিবা পুম্নমাসুং সৃষ্টি মালেম লয়কোয়সুং মাঙহল্লে হায়না খোইমোম অয়াম্বনা বিষ্ণু মখোঙথাদা কোল্লোয় অমেঙবনা য়াহমজখিএ। য়োইময়াই ভাউদনবা চন্দ্র থাজা পাথংবসুং য়াবন শোঙকিরাগী থোকফদনা সংসার অঙানববু মমলে। য়াংবা মথলমাদসুং তোংলেং লেংনা পানকদা বায়ু থমকোন অহম্বনা মালং লেংলেং শিৎফদরে। সমুদ্র ঈরেনপুংসুং ভরং ঈথক হৌবিদরে। দেব গন্ধর্ব্ব ইশৈ শককদা, অপ্সরী নিঙথিবীশিংনা সনা ফিরোই শেংনা চুকোই থোঙলৈ থোক্লা শাফদা, লোইদাম মনুং ওইবগী কাত্তিক মেয়া থা

বসন্ত শিঙলেন লৈপান থানাচিংনা ছয় ঋতু মতম তরুকমাসুং পুম্না ওইকদনা পৌলস্ত মুনি মনোংয়াই বিশ্বশ্রবা মপারী রাক্ষসী হিংচাবী পায়মা লিনকোইগী নাউয়েনবা দানব হিংচাবানা ব্রহ্মা লনকুরাগী পাঙ্গল মপা তাম্না খোইমোম ঐখোয়গী স্থান ফম্বিরেনসুং কোরৌ নোংখোঙ্গী কায়হললে। রাবন দশানননা মালং নোংশিং লাংনা পেলা তোয়তাউগে হায়রবগী খোইমোম মায়কৈ তাকপা ৮ মানা রাবন মাঙদা চংনা সেবা খৌগল্লবগী দমক চৌংঙু নখোঙখাদা হম্না হম্না রাকংচবনে হায়না রাকংচবনু তাইবং থরায় পুম্নমাকী মবুংঙো চৌংঙু শিদবা দেব নারায়ণ শংশংবনা হে খোইমোম লেংনা তিনবা নঙখোয় অয়াম্বনু নাতারোও। সনা অযোধ্যা লৈবাকী দশরথ নিংথৌগী গৃহ শঙদেং নুংঙাইবা অতুদা অবতার ইপোক ফাওনা শানফোংলুরগে, দেব ঋষি খোইমোম লাইবু নিংবগী চৈরৈ ফিশ্রেংতম খোয়মা মারোননুংদা বনবাস লম্বোই চংলগনে। বানর লাম্নী অয়াম্বনু খা লমলপ ওই, য়োংয়াম মরূপ খোম্না সীতাম্ম শুংলোংগী রাবন থরায় মাঙলগনে। ইন্দ্র সরারেন ধর্ম যমরাজা রায়েনবা মুমিৎ, থা, থরানপিচাক, শক্তিক, থবা খোইমোম লেংনা তিনবা নখোয় পুম্নমাকী নায়া নশানওননা কৌবা লোকনুং চঙনা পামেল উমংলক্তা তলা উবয় চানা মরান য়িমওইনরিবী অতুশিংগী খা য়োংনুরা শাফবীশিংদা য়োংলেন গর্ভনাপুংফা খা য়োংয়াম ওইনবু পোকলুও। পবন নোংশিং নিংথৌ ঔরস মপুরেম্না পোক্রবা খা য়োং পাথং অতেংবদি থৌরম লৈবা খৈবিক্তা বিজয় য়ুইফা খোইনা চৌংঙু ঐগা মাম্নগনে। দেব সর্ব্ব অয়াম্বা নখোয়সুং নয়ান ওন্দেখিরো। চৌংঙু ঐসুং অবতার ইপূং ফারুখিগে হায়না খোইমোম বিষ্ণু শিদবগী দেব বচন য়াথং নিঙথিবনু নাতারবদা খোইমোম লাইকংথৌ অয়াম্বশিংদি স্থান মখোয়গী ফম্বিরেন্দা হলবাইখিরে হায়এ।

অসাইৈগী লক্ষ্মী কমলা নামুংবীস্তুং খোইমোম মশাবী বিষ্ণু সনা মখে'ঙখাদা য়োইবু শমু মখুৎ লোননা রাইমক্তখি। হে প্রভু কোরৌ ইনোংবৌ নঙদি সনা অযোধ্যা পুংমায়োম্বা পূর্ণ নপূং ফানা নর পোংবু ওইনা শানফো'লগে হায়রবদি নুমিৎ শিঙবুম কয়ানিদা তমপা নশানৌ ঐগা চেংলৌ কদোনোং শকউনরসে হায়বনো। হে ইবুংঙো বিষ্ণু মপুরেন-ও, য়োইবু নশানৌ ঐবু নুংশি অরা চঙএ হায়জখোনগী খোইমোম মশাবীনা চিনসনা মোমোন নোক্লা হোর শানৌ প্রিয়া চায়-রোই-ও, নঙদি মিথিলা মরয়বাক জনক ঋষি নিংথৌরেনগী সনা শঙত্রেংনুং নমু গর্ভ মীপূক চঙদনা য়োইবু নদোম শান-ওনলুইনে। লক্ষ্মী কমলা নামু'বী নঙদি হয়েং তাইবং নোংশা-পান্দা শাস্ত্র লাইরিক্ক' রানা বিবাহ নুহে'ং খোংদো'মম্নইনে। লক্ষ্মী নঙুং লাংগী রাবন থরায় মাঙলইঙনে হায়না রাইমনরবদা লক্ষ্মী পূকনিং মরাং কায়না ঙাইখমজরে। চাংঙ দেব নারায়ণ অচিবনা অরাং বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংমদোন অরাংবদগী অযোধ্যা লাই পাখং অতেংববু ওইরুরগে হায়বগী মমক দশরথ নিংথৌনা কর্ম মঙম তৌরিবা কুমৈ মঙমথেনবু তানা খোইমোম যাত্রা খোঙশাল্লকলে হায়দবরা? আকাশ অরাংবদগী দেব লাই অয়াম্বনমুং খোঞ্জেল য়াইশা শোন্নরে। শৃঙ্গ মুনিরেন্না সরোবর ঘিহৈ থোই পূর্ণাহুতি তৌনা যজ্ঞ মঙম লোয়্নবদা অসাইৈগী চাংঙ বিষ্ণু শিদবনা অবতার মপোক পোক্লইঙনে হায়ববু দেব কোলোয় ময়াখংদগী নাতারবদা রাজা দশরথ নিংথৌরেন্নসুং মুনি মখোঙখাদ' ভক্তি লমচংনরিঙৈ যজ্ঞ কম্বিরেন্দা চারু মতুম ২ দংবু নারায়ণ তেজ মঙান পক্লা চোংখোক্লকপবু মুনি অয়াম্বনা উরবগী ইন্দ্র সরারেম্নচিংনা খোইমোম মায়কৈ ঙাকপা নিপালমা দেবতা পুম্নমানা জয় য়াইফরবগী শব্দ খোঞ্জেল মনিলনাইনা রাংলেন মরাঙ হৌরে হায়দবরা?

মুনি লেংনা তিনবশিংনা হে রাজা নিংথৌরেল-ও, নঙগী যজ্ঞ

মগুমন্থংদা তরা চাদুম মান চারু মাতূম অনিবংবু থোকলকলে হায়ন' রাহমববু উরবগী রাজা দশরথ নিংথৌরেন্না চারু মতুম অনিমাবু শমু খুত্তা থুম্না সনা য়োইকোননুংদা কৌশল্যা লৈমরেন কৈকেয়ী য়াইমবীগা অনিমাদা পুত্র নপারীবু পোক্লগেনে হায়না শমু খুৎশিন্নরে। মতৌ অহু উনা সুমিত্রা অতোনবীদি তাঙজা লুগ লূক পিরেন থকমাদা য়াথং নিঙমেঙননা রারম মরী থিনা রাহমজৈএ। হৌজিক্তি রাজা নিংথোরেননা লৈমা শমু খুৎ-শিন্নবগী অদুবু করিনো? নশানৌ লৈরাং অতোনবী ঐদি মোমনু নুজা ওইবীরকুগী থোইনা চাংঙ, লাইবক থিরবী জীব থরাই পাল্লিগেনা অমন শিঙদা চল্লবী লৈরাং মতম মাল্লবী হায়না খুদাং পিকম তৈ, পিরেন ইচেনন না পাউহংজববু কৌশল্যা লৈমা নিঙথিবীনা মশানৌ লৈরাং অতোনবী সুমিত্রা মতৌ য়েংঙমদনা নিংথৌ মশাবীদা লৈমা য়াথং অমেঙবনা রাবমখিএ। হে রাজা নিংথৌরেন স্বামী অরোইব-ও, শানৌ সুমিত্রা অতোনবীসুং চারু মথায়মাবু নিজগে হায়না রাকৎচবপু মশাবী রাজা নিংথৌরেন্না শ'নৌ লৈমা অহেনবী-ও, চারু মতূম ২মা ১/১ বু পীরে। পাটেশ্বরী লৈমরেন্না শান্নৌ সুমিত্রা অতোনবী নঙদি চারু মতূম ২ না নপারী ২ গুনা পোক্লগেনে। চাঙ, লাইবক ফরে হায়নখিএ। সুমিত্রা অতোনবীনা পুত্র ইপারীবু ২ পোক্লবদি শাবী নবিংঙাগী নপারী ১ মাদা হয়না মতুং ইন্না সেবা থৌগন্নহনগে হায়না পাউখুমজখিএ। রাণী লৈমা ৩ মাদি ফুঙ্গা লোঙজুম ওই, চারু মতূম হাউখোইববু লৈমা শমু খুলাং মান্নন চামন্নরে। শঙ্গায় মকোনলোয়দা য়াচঙখিরে। দশরথ নিংথৌরেনগী মহাযজ্ঞ অচৌববু সমাপ্ত মতোল লোম মুনি ঋষি অয়াম্বা রাজা নিংথৌ পূন্নমাসুং নিংথৌ ধর্ম্ম অথোইবানা চোয়নৌ লুপা লাঙ্গোই মোইশান্না কোরৌ নোংশাকোম তয়ম নাইশমশাং কাউবেন শনচিংরাক হামেঙ ইবোই পূন্নমাবু দান মতিক মতিক য়েংনা লনকুজরে। রাজা নিংথৌ অয়ম্বা মুনি ঋষি পুন্নমংনা

দশরথ নিংথৌবু য়াথং পাউকৌনরবগা রাজ্য মখোয়গী মরিবাক্তা থিংলৌ নিঙনা তেনা মদোম মদোম হলরাইখিরে হায়দবরা? অযোধ্যা সনা লৈবাক্তী বশিষ্ঠ মুনিরেম্নচিংনা পাত্র মন্ত্রি লৈবাক পুম্নমাক্নুং নিংথৌ সনা য়াথং লৌবা মরান থৌকুমজখিরে। অসাইগী রাণী লৈমা ৩ মানা চারু মতুম চারবগী রাহে য়াথং অহানবদি অসিনে।

দশরথ নিংথৌরেম্বি নুংঙাই মরাং কায়না য়াঙ্গোইরিএ। লৈমা মশানৌ ৩ মাদি সনা কাংথোন ফমজাউথক্তা লোকয়াই শিনৌ লশিং তিনগুম য়াতাগি অহিং য়ুথক ৩ হৌথিরবগী সময় মতম অদুদা শ্রীহরি লাইয়িংথৌ শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম সুরঙ্গ খুংগুনবা সুবর্ণ সুমায় হাতিং থৌগুম শ্যাম শংবানবা দেব নারায়ণ নামুংবা মথনদা অঙ্গ মখায় ৪ ওইনা কৌশল্যা, কৈকেয়ী, সুমিত্রা ৩ মাদা গর্ভ মপুং ফানা তেজ মঙান চঙববু লৈমা ৩ মাগী খোমলেন মঙলানচান্দা মঙফাওনরকপগী গুদ্ধি মঙপাউ তমজখিএ। স্বামী মপুরেন-ও, লৈমা নশানৌ ঐখোয়গী অসি খোমলেন মঙলানচান্দা দেব নারায়ণ নামুংবনে হায়না চীংঙ মশক লেপ্পু য়েংফদনা তন্দুম মৈরেং হৌগুম পায়মা ঐখোয়গী উনকোইনুংদা তেজ মঙান নাইনা চঙখিববু খোমলেন মঙথেনরকএ। যজ্ঞ নঙগী বর লন্নি অচৌবনা নপারী সনা রাপীহল সিংহাসন মপুরেনবু নাউনৌগবরা খঙদে হায়না নিংথৌ মশাবীদা অমুম খোমলেন মঙলিজবদা স্বামী কোরৌ মনোংথৌনা হোই শানৌ লৈমা অহেনবীশিং-ও, নঙখোয় ৩ মাকী খোমলেন মঙলানচান অসিবু শ্রীহরি লাইয়িংথৌনা সিংহাসনগী মপুরেন ওইনববু য়োম্বনা লনকুবিগুনো হায়না খেলা হরাউথোইরে। লৈমা ৩ মাগী পায়মা উনকোইনুংদা মহাবিষ্ণু শিদবনা লাকপগী উনবি পুকনিং ঙক্কনা লৈবাক পুম্না গাল্লবগী কোরৌ নোংজা থুদিং রাজা নিংথৌরেম্বনা লৈমা মাক্তা কম, কৌবা চিনদোই লাংগুম তোয়নারে। শানৌ রাণী ৩ মা-ও, শমু হকশাং থল্লিগি অসিদা

আহার চিঞ্জাক করম্বু থকনিংবনো হায়না পাউহংববু হোর স্বামী অরোইব-ও, নদাইরেম ঐখোয়বু চিঞ্জাক অহাউ থজৌও হায়রবদি মালেম চীংলৈবাকপু চানিংএ হায়জখোনগী মালেম চীংলৈপাক ওইনম্না থৌচু নুংমোন অমোনববু পীজখিএ।

অযোধ্যা রাণী ৩ মাদি লোইদাম নিনমাং থানা কোরৌ নোংজা খুদিং থাজ অনৌ অনৌমা চাউহৌরকপাগুম গর্ভ মপুং ফানা নাউনৌগে হায়না তৌগুম্ন্রক্রবগী অনা লাইখোন ভা, লৈমা খোজেন থোক, নাউয়ান পিপুক থম্না খাগুলবগী অনা নাউকন সুবী অয়াম্বীসুং চঙশিল্লকলে। অযোধ্যা সনা কোনুং নিন্ নাউকন থৌরাঙনরে। লোইদাম বসন্ত শিঙলেন লৈপাম্বাগী পামেল উরৈ শংবা চন্দ্র লমদা থাগী শুক্লা নিনমাং থা নবমী কোরৌ নুমিৎ ৯ নি পানবদা মালেম চিংথেক ৪ মাবু মায়কৈ পুম্না ঙ'ন্, মালং নোংশিং তপ্ন শিং মধ্যে নুমিৎ য়ুংখাকপা সময় মতম অফবদা কৌশল্যা পাটেশ্বরী সনা লিনকোইগী হান্না নাউনৌরকলে হায়দবরা ? হে নর পোংবচাশিং-ও, তাঙজা নরৈতোন্দা রাম রাম শোন্না নাভাবিয়ো।

আকাশ অভিংঙাদা দেব সর্ব্ব লাই অয়াম্বনা জয় রাইফা শোনববু কোরৌ নোংখাকখোনগুম শোন্নরে হায়দবরা ? ভাইবং নোংশাপান অযোধ্যা পুংমারোন্দা চক্রবর্ত্তি লাইরিংথৌবু নাউনৌরে হায়দবরা ? দশরথ নিংথৌরেন্দা থোঙলোই পাউখোল শীনা পাউভাকহল্লবগী রাজা নিংথৌরেম্না রতন সনা লনমরু সামগ্রি মশীং য়াম্না কোরৌ লনশারে। মশানৌ কৈকেয়ী য়াইমবীসুং মপারী গুণ মতিক লৈববু শাৎলক্লে। সুমিত্রা অতোনবীসুং মপারী অনি শুনা মথং মথং পোক্লক্লে হায়দবরা ?

শ্রীরামচন্দ্র অথোইবনা অযোধ্যা মরৈবাকী সনা সিংহাসন্দা নাউনৌবা নুমিৎ অদুদসুং রাবন নিংথৌরেনগী অন্তকাল মতম ফত্তরবাগীদমক নিংথৌ শমু মহকশাংবু কায়াৎ নীক্, য়াবা ভুগুপ চুং, তাঙজা লুরেনতোন ১০ মাগী লুহুপ মালেম লম্নদা তানা

ভয় অকিবা চঙচিল্লক্নে হায়এ। দেব সর্ব্ব অয়াম্বা রাবন খুত্তা চল্লিবা অয়াম্বনসুং য়ারা খোঞ্জেল রাংনা হে রাবন পাপী ফত্তবা-ও, প্রাণ নঙগী থরাই মাঙলগদৌববু দেব নারায়ণ শিদবনা কোরৌ নোংমাদোনগী চীংঙু মপানওয়া অযোধ্যা লয়ম য়োন্দা পোক্লরে। কোরৌ অসি নোংগীমথৈ রাবন নঙবু শোঙকিয়রোইএ। পায়ল ঐখোয়গী অখোইববু ফাওরয়ে হায়না লাউথরকএ।

রাজা দশরথ নিংথৌরেননা মপারী সনা রাণীহল কৌশল্যা পায়মা সনা লিনকোইগী লোইদাম পুনিমা থানিংথৌগুম চেংলৌ শককোয় হেলএ হায়বগী শ্রীরামচন্দ্র নিঙথিবা দাশরথী অহেনব ও ভৌনা কৌএ।

কৈকেয়ী মপারীদি মিৎয়েং শানথৈখিববু খ্ দিংদা থোইনা চেংলৌ মিৎচুইএ হায়বগী ভরত-ও ভৌনা কৌএ।

সুমিত্রা মপারী অনিমাদি থোইনা নিঙথিএ হায়বগী লক্ষ্মণ নিঙখিবা শত্রুঘ্ন অহেনবা হায়না মপল রাজা নিংথৌরেননা কোলোয় অসুম মিংথোনবিখিএ হায়দবরা? মপারী সনা রাণীহল রামচন্দ্র অহেনববু মপল রাজা নিংথৌরেন্না চেংলৌ মিৎথোঙ থয়া য়োইচায়রে। চীংঙু রামজি অখোইবা মশানৌ ভরত লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন চারি ভাই ৪ মাবু উজা গুরু থিনা বিদ্যা লাইরিক তমহল্লবগা রাঘব অহেনবদি বিস্থা ৪ মা শাস্ত্র লাইরিক মপী ৩৪ মাবু পূর্ণ মপুং ফায়কলে। রাঘব শ্যাম ভনৌরেংদি রাম তেজ মঙাল অরাবনা নমু মিৎপু ঙক, মালেম চিথেক ১০ মাগী রাজকন্যা অহেনবীশিংনা রাঘব লাংয়িংথৌবু স্বামী কোরৌ মনোংথৌবু ওইজগে হায়না শঙ্কর মহাদেবগী চরণ সনা খুয়ারেন্দা কোরৌ নোংজা খুদিং পুজা ইরাংচখিএ। বৈকুণ্ঠ মপুরেন রামচন্দ্র থোইখোইবনা মপল রাজা নিংথৌরেন পলেম রাণী কৌশল্যা নিঙথিবী অনিমাবু ভক্তি সেবা ভৌকৈএ। খোইয়ম শ্রীরাম সনা মখোঙখাদা মদাইরেম কৃত্তিবাস শেমহৈবনা লেংলম-শৈনে। সভা লেংবা তিনবশিং নঙখোয়দি নচিল রাম রাম শোয়া নাতাবিয়ো।

# অযোধ্যা কাণ্ড

লৌকিক জনক নিংথৌ মযোমলোনগী জন্ম মপোক অহানববু ভেংথা হৌরককে। মালেম পৃথিবী লৈমায়োনবী মবেম্মা য়োইবু লক্ষ্মী শিদবীনা ভাইবং নোংশাপাল অসিবু থোইনা চেংলৌ মাগী শকপানথোংনা ঙমজেএ। তমপা লক্ষ্মী নিঙথিবী অচুনা হিমালয় উনগী চীংদা বিষ্ণু মায়া শানওল মতম য়েংনা কোরৌ লনশাজ-রিঙৈ রাবণ নি থোরেননা চুলাই রথ থোঙওইনরকপদা লক্ষ্মী লৈমাঅহেনবীবু চেংলৌ মিংথিংলবগী রাবণ নিংথৌ পুকনিং য়াংবনা পাঙ্গল থুংঙম থীগে হায়না নিংথললক্লিঙৈ লক্ষ্মী শিদবীনা রাথং কত্তা থোক্লা শাপ মীচৈরম্লবগা মালেম লয়থারোম্না লিং-থখিরে। রাবণ নিংথৌ কত্তবদি তকলৌ শিদং শোম্না লঙ্কা মপুংয়াইবু ইন্দানখিরে।

অসাইতৈঙগী তমপা সতি অচুম্বীদি জনক নি থোরেনগী যজ্ঞ মণ্ডম তৌগে হায়না খোয়মা নাপী ফাল্লিঙৈ আকাশ অতিং-ঙ'দগী অপসরী শগোই শাবীনা পাইরকপাঙম চেংলৌ মিংপু লংনা পাইথরকপবু নোংশিং চয়রোইনবা চৈরৈ মুংচানফি নিঙথিবীবু হকশাং খুমফাংতনা ছুমথোকপবু পুন্নুং লায়োন থে ককুম ঙৌতুম ঙৌনা উরবগী কাম পূক্লিং অয়াংবাশংনা উনবি পুকনিং হুনরোএ। য়োইবু চেংলৌ শকহেনবী অচুনা তমপা মশানওন অথোইবী লক্ষ্মী চরিত্র লমচংনানা মাঙথিরববু অস ই-তৈঙগী খোয়মা নাপী ফানবশিংনা ভেংপাক থারোনমুংগী লাংকোন লোঙথুম মচিনত্তোক্লা ডিম মরূম ওইনা থোইথংলক্লে। জনক নিংথৌরেম্না মতৌ মশক উরবগী তমম খোয়মা নাপী ফানবশিং-ও, মতৌ কয়ম্নো হায়না ডিম মরূম নাউয়োমমুংগী তমপা লক্ষ্মী নিঙথিবীবু লৈঙমলে। চেংলৌ শকপানথোংনা মালেম মরোল কাওনা ঙালএ। অসুম চেংলৌ মিংপু ঙক্লা য়েংনরিঙৈ আকাশ

অতিংগুদা দেব লাই অয়াম্বনসুং হে রাজা নিংথৌরেন-ও, নঙবু শান্ত পূকনিং তপলো। লক্ষ্মী শিদবীনা নিংথৌ সনা কম্বাল-লেনবু ওইনা পোকখিরবনে। কোলোয় মমিংথোংবু সীতা হায়না মিংথোলও। নঙগী নারী কম্বাল ফম্বীদা চেৎনা নাউয়োক হলও হায়না খোইমোমময়াথংবু লাউথরকলবগী মিথিলা লয়মাবা জনক নিংথৌরেন্না থিকলেন খাদা কোন, লৈমা মশানৌ রানী কম্বাল ফম্বীদা শমু খূৎশিন্নরুববু লৈমা নিঙথিবীনা স্বামী কোরৌ ইনোংথৌ-ও, মুর্ত্তি হকশাং অরেপ্পী অসিবু মফম করি-গুম্বনগীনো হায়না পাউহংববু শাংনৌ লৈমা অহেনবী-ও, যোনি মীপুক চঙদা হকশাং মথন্নরা পূর্ণ মপূং ফাজরকপীনে। কোলোয় মমিংথোংসুং সীতা হায়না কৌএ। নঙনা পোকপা নচাগুম থৌজাল লাঙ্গোনঙৈনে হায়রগা মলয়া লয়মা অহেনবী পায়মা লৌশিং থোইবীনা তমপা লক্ষ্মী শিদবীবু ফাওররে হায়না নাউনৌখিএ। সীতা অহেনবীদি কোরৌ নোংজা খুদিং লাইজা ঈনোৎ কাগুম য়োইবু শয়েং মতানপোমবু মৃনাল থম্বৌ লেরা-য়োনকুম পানপোম মতা হেলএ। চেংলৌ শকপানথোংবু থাজা মঙান মান, খাং খাংচেংতাবু লাংপল খোইরাং খাংদানবী, থবা লিক থোংলম্বু কুমরা হয়রোঙনানা নিঙথিবী, ফৈরা ভানবুম শিনবু পুমুং নেমপ্রাগুম্বী, হকচাং খম্বাল মান নিতম্ব নিঙজোন পোঙনা নিঙথি পূকনিং হু, খুবোম থাঙতোংলম্বু তুমুং লংচাক পূমগুম মতামান, খুনিঙ মোইতোনতাবু হিংঙোল রক্ত ঙাংগুম্বী, হকচাং ফিশেৎ অয়াম্বনা বিজুলী নোংথাং কুপকুম্বী, হংস কাংঙা লমচৎনানা য়ৎথং মরাহায়বু অমৃত ইচেন্নবী, চিনবাল মোইকাইয়াৎপু শাবল তয়ান হৈগুম্বী, নাতোন নাকচিত্তাবু নিঙথিবী, পিশূম পাকোইলৈবু থাজা হুমনিপানগুম্বী, সিন্দুর তোমথিন্নবনা কাজল মিৎকোয় হেন শমলাং রেনকাপ থোক্কবী, লাইপক খেলাইথোং মায়থোং মায়কোয়ফবীনা লোইদাম থানিনবগুম শকলেন মপূংফা, লক্ষ্মী মরমচৎপু চেংলৌ মিংয়েং

থৌবী নমু পোংবচা অয়াম্বনা সীতা মশক উরবগা নিঙখি পূকছবী সীতা কণ্যা মথোক্লকপী অদুবু সীতা মপুং ফারক্লবগী মপল জনক নিংথৌরেম্না পাম্বী মনোংথৌবু নিঙখনগুনো হায়বগী সংসার পূম্নমাদা লৈরিবা রাজা নিংথৌ খৈবিকপু দূত থোঙলোয় শীনা পাউকৌহল্লবগা জনক নিংথৌরেনগী ফম্বী নুংঙাইবা সয়ম্বর মুহোংকমদা নিংথৌ মরেং শ'না কমফমহললে। জনক ঋষি নিংথৌরেননা নিংথৌ অয়াম্বদা রাহমখিএ।

হে লাক্সা নিংথৌরেনশিং-ও! এনা সংকল্প রাশকচববু নাত্তাবিয়ো। চীংঙু নোংপোক মহাদেবগী লীরুং মতিক লৈবা অসিবু ইচিং নংকেং ফংবা ঙম্বদি ইমোম কণ্যা অহেনবীবু মরান মুংশাং খোংঙতোংবীগে হায়না য়াথং অরেপ্পনে হায়না রাহন্নবগা নমু পোংবুম ৬৩ না লীরুং লেংদা থোং নিংথৌ সভা মাংদা থম্লরে। ময়ুং য়ুথক ৩ শাংববু উনা নিংথৌ লেংনা তিনবদি উনবী পূকনিং ঙক নিংথৌ কনামংনা সনা লীকং থাং-ঙমলোই হায়না লোন্না হলরাইখিবসুং ময়াওরে। নিংথৌ অরৈবশিংনা লীকং খাঙতপ লাক্লা মুখ মথা চীক্লা খাংলুববু লেঙবিদে। নিংথৌ তাঙজা ইশাই থোইনা লীরুং থাংঙমদ-বগী রাজ্য মৈংবাক্লা হলরাইখিরে। সীতা লাইরৈমাগী জন্ম মপোক অহানবা রাহৈ মশা নুংঙাইবা অসিবু কীর্ত্তিবাস অহৈবনা শেমলমশৈদি অসিনে। সভা লেংনা তিনবা নঙখোয় পূমনা-মাদি নচিল রাম রাম শোন্না নাত্তাবিও।

অস ইদৈগী অযোধ্যা লয়মায়োনগী রাজা দশরথ নিংথৌ-রেননা পুত্র মচা ৪ মাবু ঙাইরোইননা গঙ্গা তীর্থ ঈরেনপুংদা ইরুপকে হায়না চৎখিববু শৃঙ্গার বন নুংঙাইবদা মাংেম লয়কোয় ফম্বা রাজা গুহ নিংথৌরেনসুং মদাইরেম শামী লান্মী অম্নাম্বগা লোয়ননা গঙ্গা ইরুপচগে হায়না লাকপবু য়াংলৌ লমথাঙমাদা লমওক্লরে। তম্না হুয়েল লানশোক্লবগী রাজা দশরথ নিংথৌরেননা রায়রা মতেনচা ঙেমবী অথোবনা গুহ

নিংথৌ মদাইরেম সেনা লাম্মী অয়াম্ববু শমু ভুংপুন্নানা থমলে। গুহ নিংথৌ লৌশিংবনা শ্রীরামচন্দ্র খোইখোইববু দর্শন শকউন-রবদা রাজা গুহ নিংথৌরেননা ভক্তি লক্ষন লমচংনাবনা শমু মখুৎ লোম্না রাহমজখিএ। হে রাম প্রভু ইবুংঙো, তাউও। মদাইরেম গুহ নিংথৌ ঐবু লহান জন্ম ইপোক ১রক্তা ব্রাহ্মণ বামন ওইনা পোকচরমএ। হৌজিক ত্রেতা যুগ য়াইমাবা অসিদদি নিংথৌ ঐনা মহাপাপ তৌরবগী ই ভা ইথমগী অয়োন-বনা চণ্ডাল অমাংববু ওইনা পোক্লরে। হে রাম নামুংবা-ও, জাৎ শাগৈরেনগী গর্গ মুনি অথোইবনা ঐবু বর লনকুবিনরমএ। ফয়েং শ্রীরামচন্দ্র নিঙখিববু চেংলৌ শকউনরবগা মহাপাপ কোক্লইঙনে হায়না লনকুবিখিরমএ। থোইয়ম অরোইবা ইবুংঙো, তাউও হায়না পুক্নমজরবগী রাম কৃপা থৌজাল হৈবনা গুহ নিংথৌ লৌশিংববু পাপ অরুম্ববু কোক্লা লানবিখিএ। মদাইরেম সেনা লাম্মী অয়াম্বসুং শমু ভুংবুম্নবশিংবু পরম্ন লনশা থোকপিরে। শ্রীরাম সনা মখোঙখাবু ভক্তি থৌখলজরবগা গুহ মরয়বাক্তা হলরাইখিরে হায়দবরা? রামচন্দ্র নামুংবদি মশল রাজা নিংথৌরেনগা গঙ্গা ইরুপ্লবগা সন্ধ্যা মতম ক'জিল্লকপা মিংয়েং নারল চল্লবদা ভার্গব সংজন মুনিরেনগী গৃহ য়িমথেনন্নু দা চঙখিরে। রাজা নিংথৌরেননা মুনি মখোঙখাদা পুক্নমজখিএ। ভার্গব সজন মুনিরেননা য়াথং লনকু পীনা দশরথ নিংথৌরেল-ও! পুত্র নপারী রামচন্দ্র কোবা অসিবু বৈকুণ্ঠ মপুরেননে। থরাই নমিরেনবু পুণ্য মহয় চানা য়াল্লে হায়না নৈবেদ্য প্রসাদ অথোইববু চামন্নরবগা দশরথ নিংথৌরেন্দি মুনি গৃহ ময়িমনাক্তা ফয়েং নোংফাইখিরে। ইনুং কোবা য়ারেকলিঙৈ রাত্রি ইমুং শোয়-রাইমাদা ইন্দ্র সরারেননা চিংলিবা দিক মায়কৈ ঙাকপা দেব লাই অয়াম্বনা কোরৌ নোংমদোনগী থমু লীরুং য়াইওইববু দিব্য রায়রা মরুবসুং ভার্গব সংজন মুনিরেন্দা পীনরমএ। মহামুনিরেন্না রামজী শমু মথুৎপাক্তা পীথোক্লববু হরাউ মখৈ

লৈভরে। মুনি সেবা থৌগল লোম্নবগা অযে ধ্যা পুংমায়োম্বা হললাইখিরে। রাজা দশরথ নিংথৌরেনগী মপারী রামচন্দ্র, ভরত, লক্ষ্মন, শত্রুঘ্ন ৪ মানা সনা অযোধ্যা লৈবাক্তা সূর্য্য মুমিৎ ৪ পানবগুম লৈবাক পূম্না চাননা পানফরিঙৈ বিশ্বামিত্র মুনিরেননা হে দশরথ নিংথৌরেন-ও! মুনি ঐনা লাক্লিবা অসিবু নিংথৌ শাস্ত্র পূক্লিং তপপিও। যজ্ঞ ঐথোংনগী বিঘ্নি য়ৈথাইরবা রাক্ষস হিংচাবশিংবু কর্ম রক্ষন তাকপিনবা নপারী সনা রাপীহল রামচন্দ্র নামুংববু থৌশীবিও হায়না রাহম্ববু রাজা নিংথৌরেলনা মুনি মীচৈ নংলগনে হায়বগী মপারী রামচন্দ্র নামুংববু পায়মা উন-কোইনুংদদি পীনিংদে। দশরথ নিংথৌ অজ্ঞা ময়াথংদি থোক-তমদনা থৌশীখিরে হায়এ। লক্ষ্মন অহেনবসুং রাম মশাবীগী হৈনা মতুং ইম্না বিশ্বামিত্র মুনিগা ৩ মানা মুনি মরানয়াইবু ইন্দানখিএ। রাম লক্ষ্মন ২ মাদি থোয়মা নারক চৎ অরা মথৈ লৈতনা তরা চাপূক লাম্বগী রামচন্দ্র নামুংবদা মন্ত্র লাইশোল তাকপিখিএ। মুনি মথৌজানদগীনিনা দুঃখ অরা কোকলে। রাম লক্ষ্মন ২ মানা পাউহংখিএ। হে মুনি অথোইব-ও! অরণ্য নাপীরক অশোতবা অসিদি মতৌ করি লৈবনো হায়না পাউহংববু লোয় হে রাম নামুংব-ও! তারকা হিংচাবী মৃত্যু অশিববু চর্ম মউন খোক্লা চৈরৈ ফিশেৎ ওইনবী নমু মীকোক অকংববু কুণ্ডল নাশিনবীবু লৈএ হায়না পাউতাক্লবগা শ্রীরামচন্দ্র থোইথোইবনা গাণ্ডিব লীরুং মখুংশু কোরৌ চুমমিথাও থানগুম্ববু লীথিং নোংথাক চয়রোইনরবগী শব্দ থোক্লেল তারবদা লৈরোল নোং-লোন ৭ মাদগী প্রাণ থরায় পানবা পুম্নমানা মিরেন থাবু খংনা শোতকিনববু হেরা থৌওইদনা তারকা হিংচাবীদি নমু মীকোক লীকশিনবা কোকলেন অনি নাশিনবীদি শমু মহকশাংবু চৌংলেন পললংলাগুম চাউথোইবীগী মরেপ নোংথৌ ফংনা হকশাং মতৌ নিঙথিদবীনা রাম থৌওইদনা চঙলক্লবগা হে রাম অহেনবা নওবু নাতাজোও, তারকা কৌবী হিংচাবী ঐদি মীউন ফিশেৎ ওই

নারী, শিংলি মরীনা লংঙুং থাংদিন ওইনা মীকোক লীকশিনবী ঐগী শমু শউন কম্নকানবু লৈতরে হায়না অয়া পুকন্নিং চঙলম্নববু অসি কোরো শ্নমিংমাগীমখৈ শউন ঐগী কক্ষম রাংলরোইএ। নউম কক্ষম ওইনগে হায়না রাঘরকপথু রামচন্দ্র নামুংবনা চিনসনা মোমোন নোক্না সনা লীরুং খোংজি হাপ, ঐসিক তেনবী য়াইওইবানা লকা তেনদোল চপ্পা সন্ধান পান্দম য়েংনা কাপখিববু লাই হিংচা থৌওইদনা থম্মোই অথীবদা খারুরবগী মরেপ ৭০ শাংনা চুম্নেল লানতুরে। দেব লাই অয়াম্বনা নোংশা লাপাউ তমলে। রাম পাঙ্গল অথোইবমা তারকা হিংচাবীবু মাঙহল্লবগী বিশ্বামিত্র মুনিরেম্না মন্ত্র লাইশোন তম্বিখিরে— বিষ্ণুচক্র, ধর্ম্মচক্রে, দিব্যচক্র। গজানন কৌবা শব্দ ধারা তেনবী য়াইওইবনচিংনা অস্ত্র খুৎশু খুৎলাই চঙখোনবনা মুনি মরনকু অচৌববু তানফংজরবগী রাম নারায়ণ শিদবদি আনন্দ নুংঙাইথোইনা বিশ্বামিত্র মুনিনা রাম লক্ষমনগা ৩ মানা লোয়ননা ব্রাহ্মণ লাইগী কোন্নুং চঙখিরে। রাম অহেনবনা হে মুনি অথোইব-ও! কোন্নুং নিঙখিবা অসিবু করি কৌবনো হায়না পাউহংববু হোয় বামন লাইগী কোন্নুং অচনবনে কোন্নুং অচনবা অসিদা কুণ্ড পুখরি নিঙখিববু লৈএ। লাইজা শেংথোইবা অতুদা তাইবং মীওইবশিংনা গঙ্গা স্নান ইরুপলবগা জন্ম মপোক ৭ লকী মহাপাপ কোকনৈএ হায়না পাউতাকলবগা রাম লক্ষমন অনিমানা পুখ্রি পানকা কোয়না চৎলমলবগা য়াংলৌ লমথাঙমাবু য়েরবদা মদন কোন্নুং মরানয়াই মুংঙাইববু লৈঙমএ। রঘুরাম অহেনবনা কনাগী কোন্নুং মরানয়াইনো হায়না পাউহংববু হোই রাম, লক্ষমন ২ মা-ও! মদন কোন্নুং মরানয়াইনে হায়রবদা য়াংলৌ লমথাঙমাবু চৎখিরবগন ভগীরথ গঙ্গা ইরেনপুংগী লয়রাই চাংজৌ য়েরবদা চীংঙ রাঘব অহেনবনা লাইজা ইরেনপুং অসিবু করি কৌবনো হায়ন পাউহংববু হোয় রাম লক্ষমন অনিমা-ও! গঙ্গা গুণ মহিক অরুববু হায়রককে নাতাউও।

লহান পূর্ব্ব হরিচকতে নম্ন নিংথৌ রাজা সগর অহেনবনা পুত্র মচা পোক্লবগী ভৃগু মুনিরেন্দা বাত্রি অহিং তুমদা দিবা নোংখিল হাণ্ডদনা সেবা খৌখলমনগী মুনি মরনকুবু মপারী অশ্বমন্ত্র স্নমোতি ২ মানাচিংনা ৬০০০ শুনা পোকত্র। অরাৎ অথোই নাইদনা পাঙ্গল মথৌ মায়ৈত্র। মপারী শুপ্না হনবা অশ্বমন্ত্র কৌবদি পাপী লমচৎ চৎত্র হায়রবগীদমক মপল সগর নিংথৌরেননা তাম্বোকলবগী অশ্বমন্ত্র কৌবদি অংশমান মোরুতা ২ মাদা রাজ্য লৈবাক পীরবগী মন্ধাতা নিংথৌ মপারী সগর নিংথৌ অহেনবনা লাঙ্গোই শগোল থানা যজ্ঞ মণ্ডম তৌত্র। মচা ৬০০০ মাদি শগোল মতুং ইন্না ভাকহনববু সময় মতম অদুদা ইন্দ্র সরারেননা লাঙ্গোই চুম কোঙ্গোয় থুনা কারবগা শগোল লোম্না হুখিরে। মাগেম লৈখারোনগী কৌপিল মুনিরেনগা ধ্যান পূর্নিং লেপ কোরৌ ভক্ত ওইরিবৈ মুনি নাক্তা শাম্বু পলুইত্র। রাজা নিংথৌমচা লাঙ্গোই ভাকপা লাম্মী অয়াম্বমা বিচার বাখিদা মুনিহরান শীরুরাবাগী লাম্মী চৈথা লূম্না য়ৈশিল্লবগীদমক মুন শিরাপ পাউখিবাগী রাজা নিংথৌমচা যৌবন মথোকলকপা লাম্মী ৬০০০ মাবু উংফুল নোংলৈ ওইনা তুমহল্লে হায়ত্র। রাজা ভগীরথ নিংথৌরেননা ইরেং মপু অমনববু কোরৌ নোঙ্গাংনগে হায়বগীদমপু হিমালয় উনগী চীংদা চাহি ৬০০০ শুনা তপস্যা কোরৌ লনশামনগী বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংমদোনগী গঙ্গা অমৃত শিদববু লোথরুরবগা থমলাং মপা অমনবা ইরেং মপু অক্লেম্বশিংবু গঙ্গা স্নান ইরু শাম্লেং থোইমা কোরৌ নে ঙ্গাহলত্র। রাজা ভগীরথ নিংথৌরেম্না কোরৌ নোংমাদোন্দগী লাইজা ইনিরুইত্র হায়বগীবু গঙ্গা কোলোয় মমিংথোংবু ভাগীরথীও তৌনা কৌত্র। বিশ্বামিত্র মুনিরেননা চীংগু রামচন্দ্র মামুংবদা গঙ্গা কোলোয় মমিংথোংবু গুণ মহিক হায়না বাহমশৈনে।

য়াঙ্লো লমখাওমাবু য়ো-বগা গৌতম মুনি থোইথোইবগী

তপস্যা মরান রাক্লোইকমবু য়্যৌরবগা মুংলেন মূর্ত্তি শংশংবা অমা লৈগ্রবএ। রাম লক্ষ্মন ২ মানা শিরাপ স্বরূপ চেংলৌ শকপান থোং অসিবু মতৌ করম ওইবনো। হোয় হে রাম লক্ষ্মন ২ ম'-ও! সেবক মপারীবু গুইধৈদা ব্রাহ্মণী অহল্যা নিংথিবী মুনি শমু ওইরমথাবীবু মহাপাপ ভোনা মুংশি পাউরানচিল্লবগী মুনি মীচৈখে ননা ইন্দ্র সরারেনদি কায়াৎ মহকশাংদা যোনি মশীং ১০০০ শুনা পালহন্দলে। সহচরী অহল্যা অহেনবীবুদি থৌচু মুংবু ভলনো হায়না রাহয়বগীদমক মোমগু অহল্যা অহেনবীনা মুনি স্বামী অরোইব-ও, লগুজ অয়োনববু লাংহৈ কুমশিং কয়ানিদা অপরাধ লগুজ কোকও হায়বনো পাউহংজববু নারায়ণ শিদবনা হয়েং রাম শংশংবনা পোক্লরবগা শমু খুৎনা শোক্লা থৌজান-বিরবদা অপরাধ লগুজকোকও হায়রমনোংগীবু হৌজিক মতম অসি য়্যৌনা লৈরিবনে হায়না অসুম পাউৎাক্লবদা রামচন্দ্র নামুংবনা অহল্যা মুংলেন শককোয় হেনবীবু রামচন্দ্র শমু মথুৎ ওইনা শোকপিরম্নবগী অহল্যা নিংথিবীদি লগুজ অয়োন কোক্লা মুনি স্বামী মনোংথৌগী মথোগু খাবু য়াগুনা ইন্দানজখিরে হায়দবরা?

য়া লৌ লমথাংমাবু চৎলবগা বিশ্বামিত্র মুনি মরানয়া দা রাইথংলুরে। মুনি ভার্য্যা ওইরমথৎবীনা জল লাইজা ইরিক-লাইবু সনা খুজাই হান্‌ হয়রাং অশ' য়েং, তাউজিং অমুন খল্‌ চুহি শনখোম চেগুপাক কবোক লালু খোইদ্রুম আহার চিজ্জাক অয়াম্বা পানা কা পূংবুলেম পুক্লিং থৌজাল থোইনা য়োয়নখিএ হায়দবরা? হয়েং কৌবা মনোং শোয়দা মুনি ঋষি পুম্না যজ্ঞ মগুম ভোগে হায়বগী মুনি কোয়না লেংনা কমকম্লবদা রাম লক্ষ্মন ২ মানা লীরুং খুত্তা শূ, তেজ মগুান নাই সময় মতম অদুদা রাক্ষস হিংচাবা মারিচ সুবাহু ২ মানা মুনি যজ্ঞ রৈথাইগে হায়না তানচিল্লকপ্গবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী রাম শ্যাম অহেনবনা রাক্ষস হিংচাবশিং-ও, নবিংগুগী কোলোয় নমিংথোংবু করি করি কৌবনো

হায়না পাউহংববু অসুর নিংচাবনা হোয় মহিরাবণ মপারী কোরৌ নোংশাংজঙগুস্না মারিচ অথোবা কৌএ। লোয়না ঐগী অপাম্বা অসিদি সুবাহু অথোবা কৌএ। তপস্যা লাইবু নিঙবা অয়াম্বসুং চিঙ্গাক অরেম্বা কংনা চাঙমলে। রাম নচিল ননাউস্নুং চিঙ্গাক মথেল অমা তৈনা শমু মশা চাগে হায়না রাক্ষস ইবিংঙাগী পাময়া ইপুক থমগৈনে হায়না পাউথুমলকপবু রাম নামুংবনা নাতারবগী গাণ্ডিব লীরুং মথুংশূবু থুকলু শেংশৌ মুকু, লীরুং খোংচি লাপ্, তেনবি যাইওইববু রায়রা শেংকম থোং, সন্ধান পানগা চুম্না তেনরায়রবদা রাক্ষস অয়াম্বদি হুয়েল লানয়াম তুরে। রায়রা অনৌবা ১ রক তেনবুম ৫ দংনা অসুর সুবাহু ২ মাবু তেনবাল কোকয়িকানা নোংমলহললে। মারিচ হিংচাবদি প্রাণ থরায় ঙক রাম মায়রোক য়াঙমদনা লঙ্কা মপুংয়াইদা হননা হুয়েল লাঙ্জেনখিরে। চীংঙ্ শ্রীরাম শিদবদি লানফম য়াইফা থোইনা হুয়েল লানয়াম তুরবগী লানশোক অরা পোংথোকলে হ য়দবরা? মুনি ঋষি পুম্নমাদি নুংঙাই মরাং কায়না যজ্ঞ মণ্ডম লোয়রবদা মুনি অয়াম্বনা রাম লক্ষ্মণ অনিমাবু পাঙ্গল মতিক, য়েং গুণ মতিক থঙনা য়োয়নরে হায়এ। জনক ঋষি নিংথৌরেননা রাম পাঙ্গল মতিক উরবগী বিশ্বামিত্র মুনিরেন্দা মমোম সীতা নিঙথিবীগী বিবাহ নুহোংরাবু লানকেৎ হায়রম্নবগা মিথিলা মরৈবাক্তা হলরাইখিরে।

বিশ্বামিত্র মুনিরেননা হে রামচন্দ্র অহেনব-ও, জনক নিংথৌ মরংনয়াইদা গর্ভ মীপূক চঙদনা মদোম নাউনৌবীবু লৈএ কায়না পাউতারবদা রাম দ শরথী অহেনবনা বিশ্বামিত্র মুনিরেন ও, মুনি কোলোয় য়াথং অসিবু কররম্বনো? ওহোকএ। নমু গর্ভ মীপূক চঙদনা কন্যা মতৌ করম ওইবনা পোকপনো রাহমবিগে হায়না পাউমেনখোনগী মহা মুনিরেননা হে রাম নামুংব-ও, দেব কোরৌ রায়েনবগী থৌদা মরায়েনবু শোয়কদবগী মিথিলা মরৈবাকী জনক নিংথৌরেননা খোয়মা নাফানবদা ভিম মরুম ওইনা থোরুকপবু

মালেম পৃথিবী পূম্না ঙালএ। নমু মীপূক হু সীতা লৈমহেন পান্দম মপা লৈতবী-ও তৌনা কৌএ। সীতা কন্যা অহেনবী অচুবু হকশাং মপূং ফা, মুহোং মতম ওইরক্লবগী মপল রাজা নিংথৌরেম্না চীংঙু মহাদেবনা পীনরম্বা লীরুং য়াইওইববু চৈরী খোংচি হাপ্পা লৌচিং নাকোং ফংলবা রাজা নিংথৌদা ইমোম সীতা অহেনবী কন্যা নিঙথিবীবু মুহোংবিগে হায়না সংকল্প রাশকপবু লৈএ হায়না পাউঁভারক্লবদা মুনি ময়াথংদগী রাম, লক্ষ্মণ, মুনি ৩ মাদি মিথিলা মরৈবাক্তা তম্না খোঙশানখিরে।

জনক নিংথৌ মরয়পাক সয়ম্বর মুহোংফমদা কার্ত্তিকবীর্য্যার্জ্জুন নিংথৌরেম্নচিংনা রাবন নিংথৌরেনসুং উগ্রসেন খোইখোইবসুং সিংহ নোংশা খাংনোফান্দা নিংথৌ মরেংফম সংসার পুম্নমাক্তগী রাজা নিংথৌরেন সনা চোঙলেন থানব শিংবু লক্ষা ৬৩ গুনা মুমিং মরেং খোকপগুম ফমফমলে হায়দবরা?

অসাইথৈগী বিশ্বামিত্র রাম লক্ষ্মণ ৩ মাসুং মুনি সভারক্তা সঙ্গ মরুপ ওইনা ফম্মননরে হায়এ। রাজা নিংথৌরেন্দা বিশ্বামিত্র মুনিরেম্না নিংথৌ নঙগী মঙম অচৌববু থৌরাংবিও হায়জখোনগী মুহোং পোলোয় অয়াম্ববু পূর্ণ মপূং ফানা থৌরাং মতোল লোয়বগা জনক নিংথৌরেনদি মমোম সীতা লাইরেম্মগা নিংথৌ সভামাঙদা মগুলি ময়াই লাংনা ফমফমলরে। সীতা মতোল অরাবীনা মুমিৎ ১০ থোক্তুম উরবগী নিংথৌ অয়াম্বশিংনা মিৎয়েং শানখৈববু পূকনিং হকশাং ঙরুখিরে। য়োইবু সীতা অহেনবী শমু মখুংতোন্দা চম্পা লৈগী লীকপু পরেং খুক্তা শু. কণ্ঠ থবাক লীকশিরমদা পানবা কবোক লৈরিক্লবা পরেং মালতি লীকওনখোকপু লীকশি থাওনবীদি বিজুলী মোংথাং কুপকুম্বী থাং থাংফমলৈ মেননোং খুংনা ওব্ববু সনা তোয়তূপ চম্না লকা শরীক থাংববু শরীক খোঙ্গেললেন মখোল খিং খিং হৌববু পোনবী সেম্দাং খোনগুম মুংওনবী সনা নুপুর খোঙশি খোম্না নমু মীপূক হুবী মালতি লীকওনখোক্লা কুণ্ডল নাশি হেনবী থাং

নোংশা থাংদানা, পিশুম প'কোই লৈবু গাণ্ডিব লীরুং তিংশুম্বী, থবাক লিকথে'ম্লন্সু কদম্বর হয়ওনথোককুম্বী, তাঙজা মশম-তোনবু চর্ম লাইশম মাননা নিঙখিবী, য়ারেন মুক্তা মান, চিনবাল ভয়ান হয়গুম্বী, থুবোম চংলৈ থাংথোং হেম্না হকশাং ফিশেৎ লমঙানবী, খুৎশি মুক্তা থিনববু কক্কন খুৎশিথোন, য়াথং মরাহৈবু রস অথুম্ববু লমচৎ য়াহায় ওইনবী খৌয়ী রম্ভন লীকশিলমদা থবাক পুম্না ঙানবী রাজা ঋষি, মুনি ঋষি, দেব ঋষি, গন্ধর্ব্ব পুম্নমানা সীতা চেংলৌ শকহেনবী অসিবু হয়েং সময় মতম করি করমনা থোকল'গবনো হায়না পাউশোম্নরোএ। জনক ঋষি নি'থৌরেননা রামখিএ।

হে রাজা নিংথৌশিং-ও। লীরুং ঐগী খুত্তা তমপা থিনবা অসিবু লীরী খোংচি হাপ্পা লীথিং নো'থাক ঙম্বা নিংথৌ পাঙ্গল থোকপদা ইমোম সীতা কন্যা অকেনবীবু নুকোং থোংথোংবিগে হায়রবদা রাজা নিংথৌশিংদি চৈরৈ ফিচি থাওননানা ফিশেৎ চৈকন শেংলে। শয়েং পানবু তিং, মুখ মখা চীক্ পাঙ্গল নিপা থোকে হায়রবগী লীকং খুৎথুম লাক্না থা খংম্নবম্নং লীরুং মতিক অরুবনিগীনা তাঙজা থুবম লেপাপদে। নিংথৌ মথং শিননা সনা লীরুং থাংলুবগী কার্ত্তিকবীর্যার্জ্জুন নিংথৌরেননা পানবোম ১০০০ পানবনা পাঙ্গল মতিক উৎ লীরুং থুৎথুম লাক্না থাংলুববু লীরুং থুবম মাতাদি লেঙচৈএ। লীরুং খোংচি হাপঙমদে। নিংথৌ মফম লেন্দা কমকম্নরবগা রাবণ নিংথৌরেন মকোক ১০ পানবনা পাঙ্গল মতিক উৎকে শয়েং মতান-পোম ২০ মানা সনা লীরুং থুৎথুম লাক্না থাংথৎলুববু শমু থোঙলেঙনা থয়া থাংথৎচৈএ। লীরুং খোংচি তোনতি হাপঙমদে। তাঙচা ইকাই থোক্না নিংথৌ আসন মফমলেন্দা হন'চননা কমকম্নরে। লবন হিংচাবম্নং লীরুং থাংঙমগবরা হায়না সনা লীরুং থাংজরুববু শমু খুৎনানথোক্লবগী মালেম ফুবাক তু, মনম উংকুল পকু, তাঙজা ইকাই থোক্লবগী নিংথৌ মফমলেন্দা

হজিল্লকলে। রাজা নিংথৌ অয়াম্বশিংদি পাঙ্গল নিপা থোক্লা সনা লীরুং থাংগুমদরবগী ক্ষেত্রি নাপল মাগুলে। নিংথৌ সনা চোগুলেন খানবা পুমনামাদি মৃত অশিবা লৈরাং মগুং মানগুম মদোম মদোম ফমফমলে। বিশ্বামিত্র ঋষি অথোইবনা হে জনক নিংথৌরেল-ও নিংথৌ অয়াম্বশিংগী পাঙ্গল মতৌ উরে। তৌরিগুম নমোম কন্যা সুন্দরী অহেনবী অসিবু রাজা নিংথৌ নমান্নবশিংদা মরাম নুহোংফজিরোইএ। ঐগী পায়মা উনকোয়নুংদা নিঙখনবা অমবু লৈএ। মুনি সভালক্তা ফমফমলিবা মচুনা লোইচৈং নোংহৌবগুম লাইজা ইনৌ মানবা অসিবু দশরথ নিংথৌরেনগী মপারীনে। কোলোয় মমিংথোংদি শ্রীরামচন্দ্র অহেনব-ও তৌনা কৌএ। রাম মাগী শমু ভুংদা কম্বদি মশানৌ লক্ষ্মণ হায়না কৌএ। নমোম কন্যা অহেনবীগী য়োইবু মতিকনা লক্ষ্মী মপানগবরা খঙদে। মিৎয়েং শানথৈও হায়রবগা মমোম সীতা লাইরৈমানা চক্ষু মিৎমৈ হাইনা য়েংচিনখিববু রাম শ্যাম চেংলৌ মিৎশোক্লববু, মিৎয়েং লংসুং তত্তনা থমোই পুকনিং চগুলবগী সীতা পায়মা উনকোয়নুংদা নিঙজবদি মেঘ নোংহৌবদা ময়ুর বাহোং মৈপূবনা হরাউবা, য়োইময়াইমা খিংখিং খেন-কারকপদ সুং পাৎয়াই থম্বাল লৈনসুং থম্বাল লৈকা ফম্না মুমিৎ মায়য়োক্লবগুম মুমিদাং লোইদাম থানা চন্দ্র থাজা শকোয় হেন্না থোক্লবগী থরো লৈনুংসিনা থাজা মায়য়োকনাবগুম স্বামী কোরৌ ইনোংথোনে, চিত্ত পায়মা উনকোইনুংদা থরো লৈপুংশিন্দা থাজা মায়য়োক্লবগুম স্বামী কোরৌ ইনোংথোনে। চিত্ত পায়মা উনকোয়নুংদা উনবী পুকনিং লেপ্পা লৈরাং পরেং গুংকোই লীকপু রাম থবাক লীকশিরমদা শমু খুৎনা হাপ্পা আশা পুকনিং অরেপপীনা কৎচখিএ। সীতা লক্ষ্মী শিদবীনা পায়মা উনকোয়-মুংদা নিঙখনজখিএ। ইপল জনক ঋষি নিংথৌরেননা মমোম সীতা ঐগীদমক সংকল্প বাশক চাউনা লীরুং য়াইওইববু লীরী খেনচোং তিংও হায়রবদি রাম নোংশা থাংতানামা কমল

হকশাং নৌখোইএ। সনা লীরুং থাংগমলোইগবরা খঙদে হায়না পায়মা পুকনিং চেনকুম চেনকানানা মদোম নুংঙনখিএ। চৌয়িঙুম রাম শ্যাম অহেনবা অসিবু স্বামী ঐগী কোয়ৌ ইনোংখৌবু লেপ্পা ওইও হায়রবদি দৈব লাইনা ভমগুনো হায়না নিঙথনজববু শ্রীরামচন্দ্র অহেনবনা সীতা পায়মা উমকোয়নুংবু অন্তর্য্যামী উনবি পুকনিং খঙলে। জনক নিংথৌরেননা মুনি পাউভাকখোনগী শমু মখোঙ হৌনা রাম সনা মখোঙথাবু তানা ছত্র সেকপিন অঙৌবা আরংতি থাজা শকোয় হেম্না থরাক লৈনা ভম্বগী পুষ্প লৈগী ঙংকোয় শেম্ববু সনা সেনপাকথজা থাপ শমু থাংচপ্পনা শ্রীরামচন্দ্র অহেনবা পুরুষ নিপা অরিবা-ও! নঙবু হাননা সনা লীরুং থাংহনদে হায়না সনা মখোঙথাদা অপরাধ লঙজ থোইরে হায়না পুরুমখোনগী রাম য়ারেন মতাই কাঙনা হোয় খোইমোম মহাদেবগী নোংপোক লীরুং মখুৎশু য়াইওইবা অসিবু লীরুং থাংগমলোইগবরা খঙদে। শানৌ লক্ষ্মণ ঙাইরোইননা মুনি পাউথেমখোনগীনে হায়না পাউমেন্নৈ বিশ্বামিত্র মুনিরেননা য়াথং রাগায় অয়াকভমনা নপল রাজা নিংথৌরেনগা নিংথৌ মতিক মান্নবনে। রাহায় শাংদানরুঙনো। সময় মতম ফরে। নঙগী ধন লনমরুবু শমু খুত্তা থুম্না লৌজখিরো। অসুম রাহমখোনগী রাম শ্যাম অহেনবনা মুনি য়াথং লৌনা সনা লীরুং থাজে হায়বগী নিংথৌ সভা মাঙদা লীরুং খুত্তাশু, পাঙ্গল মখি কোং, সয়েঙ পানবু তিংনা সনা লীরুং থাংখৎলবগা খোইমোম খুকলু শেংশৌনানা শমু মখুৎতোন চম্পক লৈহাউমানবা খুৎতোন তাংনাইদবনা খোংচি কোঙ্গোই হাপ্পবদা খুদোল তেনতোল্ চপ্ লীচিং নাকোং রাংমা লাননা চিংথেক্লবগী সনা লীরুং চিংথেকখোনবু কোয়ৌ নোংথাকখোনঙুম নাতারবশিংনা তাইবং থরাই পূমনামাদি মালেম লয়দা নোম্না নাতারৌএ হায়দবরা?

রামচন্দ্র নামুংবনা লীরুং চিংথেকখোনগী সমদ্রু ঈথক হৌ,

দেব সর্ব্ব অয়াম্বদি লীরুং চিংথেকখোনগী খেলা হয়াউখোইনা নৈরীক নোংজুনরে। শ্রীরামচন্দ্র লাইহিংথৌমা সনা লীরুং চিংথেকরা অসিবু মদাইয়েম কৃত্তিবাস অহৈবনা রাংমশৈনে। সভা লেংলা তিনবা নখোয়দি নচিল রাম রাম শোয়া নাত্তাবিয়ো।

অসাইদৈগী রাজা নিংথৌ পূম্নমানা উনবী কাচক হৌনা রা তাথিরকলে। নিংথৌ কনা কনাশিংনা দশরথ নিংথৌমচা বালক অপিশাসিগুম্বনা সীতা নিঙথিবীবু লৌখিফরোইএ। রাজা নিংথৌ অয়াম্বশিং-ও, রাম লক্ষ্মণ ২মা অসিবু খাম্বী মৈরীমুংদা বিচার রাখিদনা শিহল্লসে রাজ কনা অহেনবীসু্ং নিংথৌ ঐখোয়গী থুব্রা চল্লসে হায়না রাহম্নরবগা নিংথৌ অয়াম্বদি চুলাই রথ খোঙওইননা চুয়েল লানশোক্লরে। মত্তৌ পাল্লম অমদি শারেন নোংশা খাংনৌবগা শিকার লমণী চুইগা শোক্লবগুম শোক্লরে। রামচন্দ্র নামুংবদি লানফম মায়োক রানা রায়রা তেনয়াম কাপ্লবগী নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা অয়াম্বদি তেনবাল চৈথাখোনগীনিনা মালেম লয়দা ওননা নিংথৌ রায়া শিজিল্লক্লবগী ঈমু্ লয়দা তা ঈঙাং নৈখোম তোৎলে। নিংথৌ সনা লুহুপতোন নিঙথিবশিংবু ভোংচেং থরানপিচাক্লা মালেম লয়দা তারকপগুম লুহুপ মঙান নাইনা তারে। তাঙজা লুয়েনতোনবু থরো কাঙচুম ওল্লে হায়দবরা? নিংথৌ লানমী কোল্লায়না লানকম চিথেক ৪ মাদা শগোল শামু খোঙওইননা রাম লক্ষ্মণ ২ মাবু লাম্নী মীয়াম মরেংকোয় রায়রা নোংচুনানা লাল্লাউ নোংদা কা নোংখাক চৈরোইনানা চুয়েল লানশোক্লরিঙৈ রামচন্দ্র নামুংবনা নিংথৌ তেনকাপ থৌওইদনা লানকম তেঙ্গোল মরক খায়, রায়রা য়াইওইবা অমা কাপথোক্লকপনা তেনবি লিশিং ভরা থোক্লা পাইখিবনা শগোল শামু চুলাই খোঙমী সেকপিন কিরাল সেনা লাম্নী পূম্নমাবু লানশি মথৈ নৈতনা থিংলৌ মৈথবা মরোং চৈজেনবা নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা শামী লানমী অয়াম্বশিংসু্ং চেংলৌ শকথঙনদনা থরাই নোংদা

ক', মিরেন থাবু থংনা ছুরেপ লানচেননখিরে। ভাইবং নোংপা-পানবু মহাপ্রলয় মাঙলাইদমদা অগ্নি মৈরম ১২ মানা চকযোম মৈরা হৌবগুম লানশোক মথৈ লৈভা নিংথৌ থরাইগুক মিরেন থাবু থংনা শোঙকিরবগী রাজা নিংথৌ অয়াম্বশিংনা রামচন্দ্র সনা থুয়ারেপ্পা চগুনা পুক্রমলরে। রাম কৃপা থৌজাল হৈবনা লানবিখিরে। থিংলো নিগুনা ভেনা রাজ্য মখোয়গী মরৈবাক্তা হলরাইখিরে হায়দবরা ?

খোইরম খিক্কু শিদবদি জয় য়াইক থোইনা নুংঙাই মরাং কায়রবদা জনক নিংথৌরেল রাম, লক্ষ্মণ, সীতা লক্ষ্মীনে বিশ্বামিত্র মুনিরেনসুং লোয়ননা সনা য়োইকোনপুংদা য়াচগুখিরে। মিথিলা লয়মায়োনগী নিংথৌ পুরোহিত মনাউয়োকপু থোশী-খিএ। অযোধ্যা সনা লৈবাক্তা রাজা দশরথ নিংথৌরেনবু থুনা পাউকৌরুও হায়রবদা বামোন মনাওয়োকপু খোশীখিরে।

রাজা দশরথ নিংথৌরেন্না ব্রাহ্মণ রাহোনববু য়াথং মরি থি, কোলোয় অমেগুবনা পাউহংজৈএ। কোলোয় নমিংথোংবু করি কোবনো লৈবাক কদায়রমগী লাকপনো হায়না পাউ-হংখিএ। বামোন মনাওয়োকনা ঐদি মিথিলা মরৈবাক জনক নিংথৌরেনগী বামন মনাউয়োকনে। নিংথৌ নগুগী মপারি রামচন্দ্র লক্ষ্মণ অনিমাবু বিশ্বামিত্র মুনিরেননা ভাই-য়োইনরকপদা জনক নিংথৌ মযোমলোম সীতা কন্যা নিগু-থিবীবু বিবাহ নুহোংবিগে হায়বগী নিংথৌ নগুবু পাউকৌরবনে হায়না পাউত্তাকলবদা হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা ভরত শত্রুঘ্ন বশিষ্ঠ মুনিয়েন অযোধ্যা লাম্মী অয়াম্বা রাজা নিংথৌরেম্ম-চিংনা যাত্রা খোগুশানখিরে। য়াংলো লমথাগুমাদা লমওকগুম্মএ। মিথিলা মরৈবাক্তা দশরথ নিংথৌরেননা মপারী রাম লক্ষ্মণ অনিমাবু নিংথৌ কৈরাতাপ্পা খো', শমলাং তোনগা নান মুখ-চিনবাল চুপ্পা য়োয়নখিএ। জনক নিংথৌরেনগা রাম সীতা নুহোংপোৎপু আরম্ভ শংলো থৌরাংলবগী মুনি ঋষি অয়াম্বা

দেব লাই অমম্বসুং কোয়না লেংনা কমকমম্বদা বিশ্বামিত্র মুনিরেন্দা জনক নিংথৌরেন্না রাহমখিএ। ঐগী ইমোম কন্যা অহেনবী উর্মিলা নিঙথিবীদি লক্ষ্মণ অকেনবা মশানৌদা বিবাহ সুহোংবিগে। শানৌ কুশধ্বজ নিংথৌ মমোমলোম্বনা নাউনোপী মণ্ডলিকা অহেনবীগা মশানৌ অহল্যা অতোনবীগা ২ মাদি ভরত শত্রুঘ্ন ২ মাদা বিবাহ সুহোংবিগে। অসুম রাহমলবগা স্বয়ম্বর সুহোংকমদা কুমৈ মরাঙ হৌনা যজ্ঞ মতোল লোমলবদা শাস্ত্র লমচৎ ইম্না জনক ঋষি নিংথৌরেন ধর্ম্ম লমচৎনবনা মমোম সীতা লাইরৈমাবু অলঙ্কার চৈরৈ ফিরোই নিঙথিবগা রাম শামু মখুৎপাক্তা থুমপিরে। মমোম নবমী অনৌবী ৩ মাবু লক্ষ্মণ, ভরত, শত্রুঘ্ন ৩ মাদা শমু খুৎশিন্নরা পিরে। সুহোং লানউনপোৎ পুমনামাবু সামগ্রী মশীং গুনা থোরাং মতোল লোম্নবদা দশরথ নিংথৌরেননা শেনলোরেব মিথিলা লৈমাবা-ও, বর লনকু অথোইবনা ইছইরোল কন্যা অহেনবী ৪ মাবু পিনৌও হায়রবগী পিনরে। ইপারী যৌবন মথোকলকপা ৪ মাগা সুংগাই মরাং কায়, রাইকা মথোই তোংনা হলরাইখিবগে হায়না রাহমখোলগী জনক নিংথৌরেনদি কোলোয় শঙ্গাও চঙনা মমোম সীতা লাইরৈমাবু ফৈরা তান্দা থোং, শম্নাং তোনগা মাননা ইমোম জানকী অহেনবী নঙবু প্রাণ থরাই থম্না নাউরোকচবনে। হয়েং অযোধ্যা নরৈবাক্তা গুরু নঙগী ইষ্ট কাবারেন স্বামী কোরৌ ননোংথৌবু সেবা থৌগল শোয়রুগুনো হায়না বচন রাথং অমেঙবনা অসুম রাহমনরবগা খেনলেন মতম অকবদা জনক নিংথৌরেননা ডুলাই চিথেক ৪ মাদা সীতা অহেনবীনচিংনা মমোম কন্যা অহেনবী ৪ মাসুং প্রদীপ থাউমৈ থানগুম সনা ডুলাই খোঙওইনানা যাত্রা খোঙশাললে। রাজা দশরথ নিংথৌরেনসুং রাম, লক্ষ্মণ, ভরত, শত্রুঘ্ন ৪ মাকা সনা ডুলাইথকতা সুমিৎ ৫ খোক্লুমনা কমকম্নবদা মিথিলা মরৈবাকী রাম সীতা সুহোং অচৌববু পুং, পেরে, মোইবুং, শিঙ্কা

খোপথি, দুন্দুভি য়াইপুং থীননা কোকৌ নোংলাউখোনগুম অযোধ্যা পুংমায়োনবু ইন্দাল্লকলে। মুনি ব্রাহ্মণ মাঙদা চৎ জনক নিংথৌরেনসুং পদু লমথাঙ কোঙ্গায় য়েৌনা খিল্লবগা দুলাই মথকনেগুদী মালেম লম্বদা কুমনা দশরথ নিংথৌরেনগা শরেঙ লোনচিন্না পানবোম লীয়েংনানা কুলিকুলা খোজায়রবগা জনক ঋষি নিংথৌরেন্দি নিংথৌ মরৈবাক্তা হনরাইখিরে।

দশরথ নিংথৌরেনসুং মচুইরোল নিঙথিবীশিংগা সনা দুলাই লেংদম খোঙওইনানা য়াংলৌ লমদাং চাল্লকুবদা নোংমেন মরাং হৌদনা অমম অঙান মথৈ লৈতরে। মতিক পান্দম নাইদে। সময় মতম অদুদা চীঙ্ পরশুরাম পাক্কনবনা তাশোন মথুৎশু য়াইওইববু খাম্বী মৈখাঙকোনগুম থোইনা নিঙথিবা লমদি থাবুং মানবদা কেন্সোংনমু হুন, অস্ত্র মথুৎশুগা থমনুং যম নিংথৌগুম্ববু ওইরমদা হুন্, শম্নাং জটা য়েৎলম্ চিনবাল সনা কোরীমান তাম্র কোরী মপাকনা থাংনপ্পনা হেনবা পরশুরাম পাক্কনবনা রাজা দশরথ নিংথৌবু মিৎয়েং শানথৈরবদা চিনবাল মোমোন নোক্না হে দশরথ নিংথৌরেল-ও, নঙনা যাল্লা খোঙ-শান্ লক্পবু কৈএ কৈএ। তৌয়িগুম রাজা নিংথৌ-ঙ, সময় মতম অমদা পুত্র নপাক্পী ৪ মা নচুইরোল নমৌ ৪ মাকা সন্না দুলাই তোংনা লাক্লিবা অসিবু অসি কোয়ৌ সুমিৎমাদা লোই-মোম কৌ কবোক তবা মায়পানবীবু লমলোং চাবান থাগুম সুমিৎ শাগৈরেক্লা নাউয়েল্লদা নিংথৌ নমায়বলক্তগী থৌইনা মূর্খ অপঙবদি নহুনে। প্রাণ নক্তী থরাই হাৎলগে হায়রবু হন্নু নয়াই কারে। পাক্কল চিপা থোক্লা হয়েল লানশোক্লনিংদে। লাম্মী অকনবদু লৈত্রবদি অযোধ্যা নপুংয়াইদবু হলও জনবা নিপা থোক্লবদি তিমেন ঐগী ইথুৎশূ রায়রা ইতেনচা অথৌবগী আহার চিক্তাক ওইনগে। অসি কোথৌ, সুমিৎমাদা রোক্কনা লোংমনথৈগুনে। তাইবং মোংশাপান অসিদা লানশোক থুৎচঙ-লকপবু নিংথৌ পাক্কল অশোনবা নঙগুম্বা অমা লৈতে। হৌজিক

শম্ ইখূৎপাকা বংশ নগী থারা মাগুহনগে। হে দশরথ অপগুব-ও, মগুনচিংনা শাগৈ লাম্মী অয়াম্বদি খোয়মা নারোনমুংদা যাওরো শায়াম ওই, চৌংগু পরশুরাম গুণ ইথিক লৈবা ঐদি য়াওরো শাদানবরু মালএ। কোরো অসিনোংদা নোংমলহলগে হায়না রাহমখোনগী দশরথ নিংথৌনা চৌংগু পরশুরাম পাকনবা নগদি বিষ্ণু অবতার মহাকনে। ত্রিভুবন মরোল ৩ মাদা পাঙ্গল নমায়বরু কনা অমা লৈতে। পরশুরাম অকনব-ও, জনক নিংথৌ মমোমলোন মিথিলা মীরৈবাকী ইমৌ সুহোংলুবগী ইরান ওন্দেজরকপনে। নগুবু হুয়েল লানশোক্লগে হায়দে। পারী নারা অপিশা ঃ মাস্থং গুরম ননাইগুবনে হায়না ভকি রাহায়নবরু হে নিংথৌ অপগুব-ও, নগুদি খগুদবরা ? ঐগী কোলোয় ইমিংথোংবু ভৃগুরাম হায়না কৌএ। নপারী অহানবস্থং দাশরথী অহেনবা রামচন্দ্র হায়না কৌএ। কে লোয় করিগী মিংথায়না মিংথোনবনো হায়না য়াথং অরাক তমনা হায়রকপবু দশরথ হনুবা অহল মতম ওইরবদি য়ারা তুকুপচুংনা নাতারিগৈ মপারী রাম নারায়ণ রায়রা ভেলহৈবনা ইপল রাজা নিংথৌ-ও, য়াথং অনোনবনা কোলোয় য়াথং খুমলুবনো। নপারী ঐনা হুয়েল লানশোকনগৈনে। হংগোই পাঙ্গল অশোনবীনা তাগুজা লিনগী মাগুদা লেপগুমদে। যোগ পূকনিং লেপলিবশিংগী বিম্নি য়ৈথাইগুবহৈদে, ওযধি হিদাক শিদবা লৈরিগৈদস্থং লিলা. তাংলৈ হূনা গুমকদে। অদু মতম মানবা রাম নপারী ঐবু লৈরিগৈনে। মহাপাপীরেম বিচার রাথিদবা অশিনা নপারী ঐবু কোরো মুখিৎ কদোনোংদস্থং গুমকরোইএ। ইপল রাজা নিং-থৌরেল-ও, ওযধি হিদাক অথোইবদি চৌংগু নপারী ঐনে হায়না রাহমখিএ। শ্রীরামচন্দ্র নারায়ণ নিংথিবনা য়ারেন খিচিক মতাই কাগুনা পাউমেলহৌরকএ।

হে পরশুরাম অকনব-ও, ঐগী অপরাধ লগুজবরু পুম্না লৈরি-রোইএ। অদুগীবু ঐনা হুয়েল লানশোক্লনিংদে হায়না রাহম্ববু

নাতায়বগী ভৃগুরাম কৌবদি লাইক্তা ঈথক কককুম কপ্লাউ মৈরা হৌনা রায়রা মতেনচাবু কাপ্লরুবগী অযোধ্যা অয়াম্বা শগোল শামু চুপ্লাই খোঙমী অয়াম্বা ধবজ কিরাল ছত্র সেকপিন পুন্নমাবু রায়রা তেম্বামারক্তা মাঙহল্লবগী সেনা লাম্মী অয়াম্বদি লানচেল নিঙকন্ননা রাম সনা মথোঙখানা তেনথোক্লকলে। পরশুরাম অথৌবদি তেনকাপ চয়রৎতনা কাপ্লিরুবগী অযোধ্যা সেনা লানহ্নিংবা পুন্নমাবু তেনপাল চয়থা লৃমনা পালহল্লবগী থরাই নোংদা কা মিয়েন খাখংননা শোনখিরবগীদমক ত্রিভুবন মরোল ও মাকী রাম স্বয়ং শিদবনা খোইয়ম সনা লীরুং মথুৎশু কোয়ৌ চুমিথাং খানগুরবু শমু খুত্তা শু, লীখিং নোংখাকখোই সন্ধান পান্দম য়েংনা রায়রা তেনরাইখিববু মালেম লয়থারোনগী তাঙজা লাতেন অয়াম্বনা নুমিৎ মঙান থুমনা অমম মথৈ লৈতরে। গুন্য অতিংঙোদা য়াংঙ্গোইরিবা শিস্টা বিদ্যাধরী পুম্নামাক্সুং স্থান মথোয়গী কম্বিরেন্দা য়াঙ্গোইকদরে। কোয়ৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সরারেননচিংনা খোইমোম অয়াম্বসুং লামশোক কুমৈ মতৌ য়েংগে হায়না লাকনরে। শ্রীরাম, পরশুরাম অনিমাদি লীরু খুৎশু পায়মানা রায়রা তেলবাইনরে রাম রায়রা মহেনচা খাম্বী মৈরীক চোংঙম্বানা পরশুরাম শমু মহকশাংদা তেনপালহল্লবগী বসন্ত শিঙলেল লৈপাক খাদা শিঙলেন নাওইতোংনা মপাল ছাঙনা শাবক্তুম তেনখুল ঈঙাং চেললে। হেনবা য়াইওইবশিংনা য়াংলৌ লমখৈ চাকপাঙম চাকহৎলবগী পরশুরাম চেংলৌ মিংখিংলা পায়মা মপুকমুংবু লাইক্তা ঊরৈ চনঙম লৈরিবৈ উনবি মথম্মনা লৈনিঙশিংনা রাক্ষস হাংনতেন ক্ষেত্রি অথৌবা মন্নতেন সংসার পুম্নামাবু বিজয় খুৎঙমতেন তেনবি অয়াম্বা খমথুং থম নিংথৌগুম্বা খংনং খাশাবা বরুন লাইজ তেনপা তাঙজা লিনগী তেনসুং শমু মথুৎশু বজ্র কোয়ৌ নোংশীঙঅঙনচিংলা খুৎশু পুম্নামাবু চৈরৎতনা লাম্ভালচিল্লরুবগী লয়রোন নোংলোন ও মাবু মালেম মুহায় বগী শ্রীরাম শিদবনা পায়মা

মপূকপুংবু লাইক্তা ঊরৈ চনশুম নিঙখনলিংঙৈ অনৌবা অমরক শ্রীরামচন্দ্রনা ঊনবি লয়নিঙশিংনা রায়রা মতেনদা ফকুবা ব্রহ্মাস্ত্র তেনবী অথৌবানা পরশুরাম শমু মখুৎশূ অয়াম্ববু রায়ক্স তেন্থা অমরক্তা কাপ্থেকলে। অচুম্বুং মতোমদে।

তেনবি অথৌবা ৫ মংবু লীরী তেনগা থোংনা রায়রা নমকাপ্পরবগী পরশুরাম অথৌবনা নিঙখনজখিএ। অসি কোরৌ মুমিংমানা ইপোক পুনশি মত্তোল লোয়বরা হায়না লীরুং খুৎশূ খা, তেন্দোং নখো খম, নত্রস শমু থাংচপ্পনা রামচন্দ্র সনা খুয়ারেন্দা শিঙলেন লৈশি লৈথোয়জখিএ। নমাইরেম ঐবু চৌংঙ সনা মখোঙখাদা চঙক্তরকলে। অপরাধ লঙজববু ক্ষমা পূকনিং ঙাকপিও। দাস ননাই ওইবনা স্বামী মপু অরোইবদা দোষ অরোন থোক্রবদি পুম্না রারৌবিদে হায়বা নত্তবকা? তত্ত্ব মচি ওইনা নিঙনবা লাইস্সুং নঙনে। শ্রীহরি মালেম লয়-কোই শেম্বসুং প্রলয় মাঙহন্দ ঙম্বসুং নঙনে। সরস্বতী লাইরিক লৈমনসুং ঊনবি পূকনিং শুম্না ফংকদবা ঈশ্বর মপুরেম নংবু লহান বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংমদোঙ্গা বিষ্ণু নত্তিক অয়বৰু পূর্ণ নপুংফাইএ। হৌজিক নয় পোংবু ওইনা শানওক্সরবা অসিদদি নত্তিক নিঙ্গণ চঙথোক্লিবরা হায়বগীদমকপু নদাইংেম ঐনা চৌংঙ নত্তিক খঙগে হায়বগী সনা নখোঙ খাদা ইন্দাঙক্তকপনে। প্রভু ইবুংঙো হরি শ্যাম অহেনর-ও, হুয়েল লামশোক্লবৰু পাজল ইত্তিক নগুবা ঐনা থোয়ম সনা নখোঙখাদা অপরাধ লঙজ থোইরে। দয়া থৌজানবিরো হায়না পুক্লমলবৰা চৌংঙ রঘু শিদবনা হে পরশুরাম অকনব-ও, মহামুনিরেম্না ভজিবা চৌংঙ ইখুৎশূ অসিবু কোরৌ নোংখুম কদোনোংস্তং মাঙফরোইএ হায়না রাহম্ববু পরশুরাম অকনবদি শাক্ত পূক্লিং ভগ্না রাম রঘুপতি ইবুংঙো থোইয়ম রাস্করা নজেকচাস্নুং মালেম লয়দা তাফরোইএ। শমু ইহকপাংদা তেনবী তেনপাল ভুখোং লোয়না কোরৌ নোঙ্গাবম্বুং কাফরোইএ। কোরৌ মখোঙজিনবু নোংথৌ

মথোং খিংজিনবিয়ো হায়না য়াইমথোনবী শ্রীরামচন্দ্র খোই-খোইরনা হায়রা ভেনবুম ৫ কাপ্পা বৈকুণ্ঠ মথোঙ খিংলবদা ভূস্বরাম পাঙনবদি কোয়ৌ নোঙাংবা হলয়াইখিরে হায়এ। ত্রিভুবন মখোল ৩ থাকী সনা মিংলেন অচৌবনু সীংথাপাঙ্গি লাইমিংথৌ দাশরথী অহেনবনা জয় য়াইফা খোইরবগী মপল রাজা নিংথৌরেম্না হয়াঙ পুক্লিং চঙ নুংঙাই মথোই ভ্রোংলে হায়দবরা ?

নিংথৌ মপাম্বী ৪ মা মখৌ কন্যা ৪ মাসুং সনা চুলাই ভোং পন্থ লমলাই ঙাম্না য়াইপুং মঙাম্নাইনা চংখিবনু সনা অযোধ্যা মপুংয়াইদা য়াইথুংলে। নুংঙাই মরাং কায়, খোঙ্গেল মনিন নাই, তার খোঙজিল খুদিং প্রদীপ থাউমৈ থান, লোইমোম কৌমরোন খোইদিং অম্বা তিংথৌ ভোনলোংলৈ শিঙ্গলেন তুলশি লৈস্নংশিবু লৈরাং লৈপান থা, ধূপ মেক্রুক ঈক, মৈখু মনিন কা, প্রজা লৈবাক অয়াম্বনা মালেম লয়দা পক্লা পূরুম নরে। অযোধ্যা পুংমায়োরদি সরারেন লৈবাকপু প্রভায় পাদম্লনা লৈবাক ময়াঙ হৌ, নুংঙাই পঙ্গোল্ লোম দেব গন্ধর্ব্ব পুম্নমানা পুষ্প ওইনঙ্গবু লৈরিক নোংচুনরে। দশরথ নিংথৌরেন্দি চোয়নৌ সমা লৈওইনানা সনা সিংহাসন্দা ফমফম্লবগা রাণী কৌশল্যা, কৈকয়ী, সুমিত্রা ৩ মানা স্বামী মনোংথৌবু খোম্নমা মায়য়োক্লনা সেবা থৌপলজরে। মপাম্বী রাম থাকংনা রাজ কন্যা ৪ মাসুং লোকলৌ শানা কোম্না শয়েঙ পানবু শম্, শম্নাং ভোনগা নাম্না য়োইচাম্নরে হায়দবরা ? মপাম্বী ৪ মানাসুং মপল রাজা নিংথৌ পলেম মমা কৌশল্যা সনা খুম্নারেন্দা পুরুমলে। রাজসভা লেংলা কম, য়াইপুং মনিন নাই, খোঙ্গেল চাউ, পেরে খোপথি য়াভোং খোং, নাগরা রাংলেন পুংখং তৈ, করতাল সেনখিঙ খোই, মৃদঙ্গ পুংলোন খোক্লা কুমৈ সঙ্গ মভোল লোম্নবদা রাণী লৈমা ৩ মাবু শমু খুৎশম পালোইনানা মপাম্বী রামচন্দ্র খোইখোইবমুং সীতা খুত্তা শম্, ভরত লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন

৩ মাস্থং মশানৌ কন্যা ৩ মাবু থুংচেং হংচি শায়না সনা রোই-কোননুংদা মাচঙ্ মন্নখিরে হায়দবরা? মদাইরেম পাত্র লেংনা তিনবশিংস্থং মরাল য়ুমথিখিরে। চীংঙ্ শ্রীরামচন্দ্র সনা খুম্না-রেন্দা মদাইরেম কীর্ত্তিবাস অহৈবনা শেম্লম্বা শৈদি অসিনে।

হে নর পোংবচাশিং ও, ভক্ত লেংনা তিনবা নঙখোয় অয়াম্বদি নচিল রাম রাম শোম্না নাত্তাবিরো। সনা অযোধ্যা লয়ময়োন্দদি আনন্দ নুংঙ'ই থোইনা পাল্লে হায়দবরা? রামচন্দ্র সনা মথোঙখাদা মদাইরেম কীর্ত্তিবাস অহৈবনা লেংলম্ববু য়াথং মরেকচা অয়োন মরম য়েংনা লেংলমশৈ রামায়ণ অরুবা আদি কাণ্ড অহানবা অযোধ্যা কাণ্ড পুণ্য মরম পুম্নমাবু শিঙলেন লৈরীক নোংচুথবগুম শিন্থরকপা পুরাণ অরিবা রারী অথোইববু সমাপ্ত লাইরিক মতোল লোমখিরে। হে থোইরম লাইরিংথৌ শ্রীরামচন্দ্র অহেনব-ও, চীঙ্ সনা নথোঙখাদা তয়ম ইরাকম'দি ঈমায় নোংনেম লাইনা পাংনা থোঙলেন ইমান কৌবা চীংথংলা পাংবরমদা ওয়া হরি হয়া লাউনা কোনচিল্লমগে। কোয় হরিচক হয়া রাম রাম হরি।

লোইরবা

# ৱাহৈগী অর্থ

অ লামাই

থ



ন



প

পাজনবনা = মপাজল কনবনা
পারোল = ইপাদগী শনথরকপা চাদা নাউদা
পোংপৈকমবু — মরামগী লৈকমবু
পনম = চথোকপা, মুমিৎ
পানচুম ভেনবু = পোয়দনা পাল্লগদবা ভেনবু
ফ
ফয়েং নোংকাইখিরে — অহিং য়ারেকখরে
ম
মঙন থানথবা — মতিক উৎথরকপা
মচু থাউরবীবু — কুচু শিথরবীবু
মানগীনিনা = ওইবগুবনিনা
মিয়েংশেননা — মিংশেলনা
মিৎচুবা — য়েংবদা পেল্লবা
মনোং পায় — মাগী মবুংঙোবু
মকাইকমদা — লৈকমদা
মঙমথেনবু — কুপৈম তোকম্বু
মিৎচুইএ — য়েংবদা পামজবা ওইএ
মীপূক চঙদা — গর্ভমুংদা নাউপূদনা
মীউন কিশেৎওই — মীগী মউমা কি ওইনা শেৎপা
মপানগবরা — মপা চানাগবরা, লান্না ওইগবরা
ল
লাননাখিএ — শিনখিএ
লঙজববু — অরানবা লৈখিববু
লোনতৈবনে — অতোপ্পা মীরোলদগীনে
লাবা নোংলৈকম — নিপা থোকপা মতৌ উৎনা লৈনক[redacted]
লানকেৎ — হাইকেৎ, থজিক্কং
লমলোই — লোয়নবা মরূপ
লেপলো শিনগুবী — মহৎ শিনবী ওইগুবী